# তরোং নন্দকুমার

## লাইবু নিঙবা




১৯৮১ ইং

পাদক :—
খু.   খর সিংহ "পণ্ডিত"
"সাহিত্য শিরোমনি" নেশনেল ফিলোশিপ
রিসর্চ স্কোলর, ক্রেও রাইটর।

# [illegible] খুমায়

## লাইবু নিঙবা

**মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংনা কোংবা ]**




**১৯৮১ ইং**

**সম্পাদক :—**

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ "পণ্ডিত"

**"সাহিত্য শিরোমনি" নেশনেল ফিলোশিপ**

**রিসর্চ স্কোলর, ট্রেণ্ড রাইটর।**

**লাইহরাওবা কমিটীগী মতেংনা ]** **[ মূল্য ১০.০০**

# থাগৎ ৱাহৈ

"অরোং নন্দকুমার লাইবু নিঙবা" হায়না কৌবা লাইরিক অসি, শ্রীযুক্ত ও, ভোগেশ্বর সিংহ পণ্ডিতনা, মৈতৈ ময়েক্কী বাঙালী ময়েক্তা ইখোক্তুনা, "ওল মনিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি"দা নমজয়ো হায়না পীবিরকপা অসিগীদমক্তা পণ্ডিতপু থাগৎচরি।

তেল্লবা মতম অসিদা লাইরিক অসি, ঐগী ইনাও শ্রীযুক্ত খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ পণ্ডিত, সম্পাদন তৌদুনা লাইরিক ওইনা, কোংদোকপিবগীদমক্তসু কমিটিগী মাইকৈদগী নুংঙাইবা ফোংদোকচরি।

লোয়ননা প্রেসনা অরাবা কয়া থাংবিদুনা, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা চাউরবা শক্তক য়াবিখি। মহুগীদমক প্রেসপু থাগৎচরি। অমুক্তা হয়া শ্রীযুক্ত ও, ভোগেশ্বর পণ্ডিতনা লাইরিক অসিবু স্বত্বগা লোয়ননা দান তৌবিবগীদমক্তা তৌবিমল থংবা উৎচরি। মতম লৈবা খিবিক্তা পণ্ডিতকী থৌবিমল কমিটিনা কাওজরোই।

ময়ামগী সেবা তৌজরিবা

মোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ (পণ্ডিত)

প্রেসিডেন্ট

ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি

তাং ২৩ | ৫ | ৮১ ইং উরিপোক য়াওয়েংথোং, ইম্ফাল।

# সম্পাদকীয়

অয়োং নন্দকুমার কৌবা লাইরিক অসি, মৈদিংগু চিং থংখোম্বা মহারাজনা তেখাউ লৈবাক্তা লান চেনখ্রগা, তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগা তাইশেন ওইনখি। মতুংদা মণিপুরদা খৃঃ ১৭৮৭ কী মতম অহুমাইদা, হল্লাইবমচা নন্দ কৌবনা লাইরিক ওইনা পুরকখি। লাইরিক অসি লায়রবা লাইনিংবা অমনা ঔবা থামরন লৈবাক্তা লাইনিংজুবদগী মহৈদা, বারানসীদা মপোক অমা ওইনা পোকলুরগা লাইনিংজবগী মহৈ কংখিবগী মায়ৌনি। শকাব্দ ১৭০৯ হিয়াঙ্গৈগী মাকমৈ ১৩ নি পানবা, ইয়াই পুমিংকী অশ্বিনী নক্ষত্রনা পানবদা য়াম্না অসি পোং নিংথৌগী মনাই রসানন্দ কোনসবনা, বাঙ্গাল লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা রহেংবা মাধবরাম, ময়েংবা বৃন্দাবন, অনীনা শৈহেক শৈদম থারগা হরিচরন রায়েনবগা খেলরাম বাহেংবগা অনিমক্না মথুত্তা খোর্জে পায়ক্লনা ইখি।

লাইরিক অসিগী মরু ওইবা য়ায়োন্দি :— অয়োং নন্দকুমার কৌবা অসি বারানসীগী মখুং চনবা চান্দপুর কৌবা অপিকপা কি শাহ্না পুন্সি হিংবা, খুজং অমগী য়াম্না লায়রবী লুপ্রাবী অমগী ইমুংদা পোকখি। মানা লাই নিঙজবগী মতিক মাংব নিংথৌনা অকনবা চৈরাক পীহ্না, মশা অদু উমং য়াম্বংদা তমখিরবা উমংগী শা কৈনচিংবনা চাগ্রসদু হায়না থাদোকখি। মহাক ঈশ্বরদা শ্রদ্ধা লৈবা ঈশ্বরবু য়াম্না নিঙজবা,

মী ওইবা মরম্না মানা নিংথৌগী চৈথাক ফংজ্রিঙৈদা মাগা লোইননা লাইদা চৎরে ফি কৎথিন্নখিবী, মুপী-ওগী মপোক অহুমা ফম্দা থেংনরুনা নিংথৌগী অকনবা দন্দিদগী নাম্বোকখি। হন্নরুগা লৈমা ৩ না মহারানীনা, মহাল্লা নিংথৌ ওইরুনা মমা লুখ্রাবী অচুপা, রাম্বা মুংঙাইনা পানখিবা অরিবা উপন্যাসকী লাইরিক্নি। মসিনা ধর্ম্মগা মরী লৈনরুনা মীওইবনা অকবা লম্বীগী রাথলদা পুশিন্নরুবা লমজিং লাইরিক্নি।

লাইরিক অসি পণ্ডিত ও. ভোগেশ্বর সিংহনা, টিকা ইথিরকই। কমিটিনা সম্পাদনগী ভার লৌরবতনি; মসিগী-দমক্তা ঐগী ইরাখা পণ্ডিতপু থাগৎচরি।

সম্পাদক :- থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
তাং ৩০ | ৫ | ৮১ ইং

# অরোং নন্দ কুমার

## ( লাইবুমিঙবা )

হয়' হে খোইযোম লাইযিং'থৌ অরুবা, কোয়ৌ নোংমাদোল, মালেম লৈখারোল, তাইবং লৈখারোল লয়মায়ে'ন ময়োল অহৎ-মাগী মবুংঙো খোইযোম লেংলা ভিনবা পুম্না মাগী অম্বপাবু উনবি পুক্লিং অকনবনা পুন্নিবা পূর্ণব্রহ্ম খোইখোইবগী সনা থুয়ারেন্দা পুক্লিং হকচাং য়াথং অহম্মাবু স্থংচিনানা পুক্নমজরকে। কল্পতরু উপাল সিদবদি লতা উন্না থাঙয়েৎ লৈনা ভৌবগুম মতম পুংনা হাঙদনা। য়োইনা খৌজাল্লিবা শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজ লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা কৃষ্ণভক্ত সংসংবা নোংখৌ-য়েলগী তুবি সনা মখোঙথাদল্হং হম্না হম্না পুক্নমজরকে। লাইয়েল মৈভেঙঙ, লামকম কোয়ৌ নোংলাঙখোম, লানশোক মালেম লৈয়াউখোনঙবদা মৈবী শঙাইশেন লাত্তানাবা, লোইবী শো-কপাউ-ঙম্বা, হয়েলতা মকেং কাবা, মমু লিংথোকদা মথাঙগীনা য়োয়মদবা খৈবিকপু, লাইয়েল লোংশাখোঙনা কংনা তেথাউ তাইওইনরুবা, খোংনাং আইলা কাজি লোইচা খোম্বা, হয়েল পক্কম থা·কাবা, লোইবী ইয়োক অকুৎপা মশীং থীঙমদবনু ইঙা লৌংখোং কামগুবা, চীংলেন পলংলা, খোইযোম লাইপুং-থোল অবাংবনু খানলৈ মুপুং কাঙবা, লোইবী চীংবু লোইযবু থুনেৎলা, হেম্বা চীংশাং থনবনু খোঙকাদবা, য়েক্ক পাউনৈ চেনবা

মপা। মচা কোংকোই লাংশেম্বনা থুঙমদা মপুম লোকলৌ শৌথাবনা চঙকদবা, হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম খোইমোম পোংচা নিংথৌবা, নিংঙোল ভেলহৈবনা লমথনরাই, মমু নিংথৌচা মমাঙ-গীনা য়োরমদবা কুপুই খুনলেনলমদা খৌশাবা খোংজাই লমভাক তানবা ভুইয়াই লমচর্ন থৌবা, খোংনাং ভুখেন পেরে-মালেংকা মতমপাক্তা খৌহু নুংখিন তানবা হুয়েল লান্নিগীদি খোংচাই লম-কেৎপবু পোইরৈ থাকান-না কাম্রন নোংমৈ মাইয়োক য়াবা কুংপুই কোপলু অথৌবগা খঙা লাম্হৌয়াংগা হুয়েল লানথুম অনিম'বু কায়না হুনবা লাইরেল মৈদিংঙু লোইবী খোংজাইঙম্বা, মেনাং তনবা চৌরৈ-হোই, কাউরেল শঙং-খোমনা থাঙলেন পাম-হাইবা শকপা কবুই মনিংথৌনচিংনা চুংশেল পৌরোল মনিম্নাইবা শিমাং তানা তাবা হাইশঙ খঙনদবা লোইবী মকিং নাইবা, পূন্নমাবু হেম্বা ময়াই মুন্না পম্হেংবা নোংথৌরেলনা লানলোই মদাইমা, খোঙলেন তাইবি লাংথাবাল কাঞ্চিপুর সুংঙাইবদা লান-লোই ময়াইরেম্বা পোইরৈ পূন্না ভিন্না পানকন্নিডৈদা ভুবি হৈরাং মতৌশা, লাইরেল তাউজিং মহৈকোন পূন্নমাবু খৌজাল তা-ইহেন নাইদা, মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বশিংবু অহল পাঙল মতিক মাঙহন্দ, লাইরেল থৌজাল শীনবা থুংনা লাঙোন-এ। মমু মৈদিংঙু বৈষ্ণব খোংনাং ময়াম্বা নোংপোক লেখে তেনহৈবা হুয়েল কালামুং কাবা মপাম্না চিংখোং য়াইমবা শ্রীঘান-ছুসাই লোইবী নোংপোক লৈরি খোঙা হুয়েল শিনপুকবা থাকম শিংগুহনবা, নোংথোল ভেংমাইথিনবা লাইরেল পম্হৌ

মপাঙ্ভোনগ। পোইরৈ লময়োন অরূম্বা, উরেল অচৌবা, রায়মা শাথেং লাঙ, হুয়েল লাম্বোংভম, পোইরৈ রাপী অরুবা খৈবিকপু মচেঙ হকনা হকমা ওন্না পানমম্লবৈ, মদাইরেম মমু নোংরাই হাউরমভোন অদোন মাঙ্বা, কায়বা থাওয়ান কন্বা থবা লীক-মুন থৌবা মনেংয়াই কংলৈ মদাইমা, অভৌবা ক্বাকপা থরানথাব, কংলা থৌকারম্, হকুরান থরা অভেনবদি কুরাউ ফংনগা ভোংনা তাউজিং হৈ লমরাই, লোইয়ম্ মরা শাফবদি, শমু খুংনা ফংনা হৈ হেকলম্, তাউজিং হৈনৌ থোংগী, থোং-লেন মাইথুথক্তা য়াকারকপা, হাউমচা চরাং থেম্বা, থোঙ্লেন্ মানমাইবগী শঙ্লেন ভেংমান্থিন্বা নন্দ হাউওইববু নোং-পোক সনা কোংনগারমগী পোইরৈ লাইওইবা খামরন্ চিন্লম, খা পা ওই, রানা ভৌভোং ওইরিবা ঔরা তানা তাবগী, শংলো মথৌরাংবু লাইরেল নাকোং মিৎওইননা বারম্ পাউরোন তার-কপদা হাউশি ঙমগচিংন। লাইরেল সনা ময়াথং পোইরৈ রাপী অরূববু তাংজা লুদ-থোংনা বায়রং চৌংথাং-লান, শেনবী তমদা-তা, কবো তমথা-কুম্বা, নোংপোক লমথোং অচৌবদা, মুমিৎ শিংওন-য়াম লোইদাম্ব থাবুম ওন্না খামরন পাউতা চংলুভেদা শেনবী পারারী মুংঙাইবা থোইমোম্ অরোং থোইথোইবনা বরানসী লৈবাক মুংঙাইবদা। নন্দকুমার কৌনা পোক্লবা, তাইবং নোংশা পানগী থরায় অপকমাবু লানবিগে হায়বগী মুংশি মুংঙাই অনি য়াম্বু মশীং লাকঙদনা হম্না হম্না লাংওল্লবৈগী থোইমোম্ লাইগী রারী মুংঙাইববু নাতারকপগী শেনবী পারারী অসিবু

সুংঙাই পূক্লিং চঙ্‌এ। লাইনিঙ্‌ লমলেন ওইএ। লাইরেল সনা মখোঙখাদা কৎনা পোইরৈ মৈতৈলোন্দা য়াঙঙম ভেংথা ওইনা শৈশেমগে নিঙ্‌থল্লবদা পাউখোন নুমিৎ শিঙগুরবগা মরান ওন্দোরক্লবদা শেনবী পাবারীবু পুনা ভুবি সনা মখোঙ্‌খাদা য়াইথুংলরে।

লাইরেল সনা ময়াথংগী খামরন পাউরোন তারুবা, পোইরৈ দাশী অরাববু পাউদয়বদা লাইরেল ইবুংঙো তাউ ও। নদাইরেম ঐনা শেনবী পাবারী অসিবু পোইরৈ মৈতৈলোন্দা ভেংথা পরেং থিনা শৈশেমজগে হায়না পুজরকএ. অসুম বাকৎচরবদা লাইরেল মৈদিংঙু থোইমোম লাইপোক শংশঙবনা ইদাইরেম নোংয়াই য়োইবা নাহা থোঙলেন ভেংমাইথিনবা নন্দ হাউওইবও! নন্দকুমার য়ারী সুংঙাইবা অসিবু শেনবী পায়ারী অচেৎপা মহাক্নে। পোইরৈ মৈতৈলোন্দ লৈতরিএ। য়াংঙম্‌ ভেংথা ওইনা শৈরিংও হায়বা থোজাল লনকুবিরবদা মদাইরেম নন্দ হাউওইবা, ক্যাং হাউশি ঙমনচিংবা থোঙলেন ভেংমাই কবনা হাউশি ঙমগচিংনা শেনবী পোংমিংথৌ মুংগন লয়মাবা মনোংয়ায় রসানন্দ কোনশাবনা লাইরিক কিকুমুংগী নন্দকুমার শেনবী লোনদৈববু পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা য়ায়ম মরেং শীমা হন্দোক্লবগা মৈদিঙঙু মদাইরেম, চিংথোং পুয়োক- বাক্তগী লোইশং রেংলম লুচিংবা য়াকমা মতম হয়া শঙলেন ভেংবাই থিনবা শ্রীবৃন্দাবন ময়েংবগা শাগৈ ওইরম লুচিংবা ভেংথা হিনাউ কোইরেনগী শ্রীমাধবরাম য়াহেংবগা, লোইরম

নোংমাল পাচা পায়মা শিনৈ-রোম্বা, উনবা মচাক কৌবা অনি-মানা মমুং শিনাইবীচাগুম লোশিং পুজনা, বাংঙম ভেংথা লিঙং থম্না নন্দকুমার বারী মুংঙাইবনু শক কুমশিং বাচুমবা ১৭০৯ লেপলিবা লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাগী মাকবৈ ১৩ নি পানবা ঈরাই ঙুনিং অরুবা অশিনী কোংচেং কায়নৌ থরান পিচাঙ্গা পাল্লিঙৈদা শৈঙংলকএ। শ্রীহরিচরন বায়েনবগা, শ্রীখেলরাম রাহেংবগা অনিমানা কোংরাং বাগ্নি-খেংত মূকমৈ নারিল শোন্না লেংচিল্লকএ।

# অহানবা পন্দুপ

হরিদ্বৈদা খোইমোম লাইমরু অমসুং থোইখোইবনা বারানসী লৈময়ায়দা নন্দকুমার কৌনা পোক্লম্মি, কোরৌ নোংমদোন, মালেম লৈথারোন, তাইবঙ্ নোংশপাল, মরোল অহুম্মাবু খোইমোম মচান অমাবনা থৌজাল থুংথুম চম' লাক্লোনবিরমএ। চীংঙু লাইরুপ পূম্নম'না, অমসুং সনা মখোঙ-থাদা হয়াউ পুক্নিং পেম্না সুংঙাইনৈএ। খোইমোম ব্রহ্মা শিদবনচিংবা তিনলূপ লাইরুপ পূম্নমানা থৌজাল য়োইখোম্লএ' তাইবঙ মী,খোইমোম লাইপোক পূম্নমাগী মপোক লা'ওন খৈবিকপু ধর্ম্ম লনয়েন থোক্না লানবিএ। অমসুং অথোইবা অহুনা লাংওন মপোক খুদিংগীবু উনবী নিংশিং থোইনা লায়রু অতোন তাবা, সুংপি লৈখৈ তানা লাম্নংবা সুংঙাই মরাঙ কায়না হয়াউ পুংবু-লেম নন্দকুমার কৌনা লা'ওল্লবৈগী বারম খণ্ড-উদবা খবিকপু রায়ম মরেং শীম্না পাউ-মেল্লক্ক। মতৌ পান্দম অমদি য়োইময়াই তাউদনবনা নোংপোক মবাইতামগী হিং হিং থেনকারক্লবগা মায়কৈ মথোঙ থুদিং নোংশা-ক্লবাদ্রঙসবু তাইবং মী ওইবা খৈবিক্তা ধর্ম্ম লাইরমলেনবু তারা হয়াউহল্লে। থরায় অপকমাবু মানা পোকপা মচাঙম থৌজাল শীনবা থুংনা লাংঙ্গানএ। নির্বান অথোইববু তানফংদরগনে হায়না লমচং লৈখা তাবরমদি, চেৎনা পাপ থোঙজাউ থিংএ। কোরৌ নোংমদোন, খোইমোম লাইরৈবাকপু তাংফংগে হায়বগী কৈরাক খোঙরায় শেম্না নোংহামএ লাংওন মপোক থুদিংগী থৌকাউ-

দনা তাইবং থৱায় পূম্নামানা শানথঙগুনো হায়বগী খোইমোম অরোং খোখোইবা মহাক্না ৱায়ম শনথোক্লমএ হায়দবরা ?

তাইবং মী, খোইমোম লাই পূম্নামাবু মচেং ক'ময়রে চাক্লেনফবীনঃ পোঃনবী মকুম মাহন্দনা লাঙ্গোনবতুগুম্ববু থৱায় অপকমাবু লাঙ্গোনএ। তাইবং থৱায় পূম্নামাবু লানবিগে হায়বগী হন্নঃ হন্না লাঙ্গে.ৱৈরেএ। থোৱম মতম থূদিংদ ধর্ম্ম পূক্লিং লস্তানববু উনবী অপেন নাইদে। মপোক্ত লাংওন অমরকতো মকুম সুংচানবী মপারী ম'মামলোনবু নমদা। হুন্না মরান লম্বোই চংএ। লাংওন মপোক অগরকতি শমু মহকশাংনচিংনা মপারী সুংচানবগা দান দক্ষিনা ওইনৈএ। মতৌ লাংওন অসি থৈবিকপু মগু' ত্রিমালেম নৈবাক নৈমনা খঙলিএ। মপোক লাংওন অমরক্তস্তুং হীরেন, য়াটরেন, তমপা, মনিক চোয়ঃনো সনা লূপা পূম্নমাবু লময়েলএ। লাইনিঙ মমাম্নববু পূম্না য়াউঃদে। নমু মীপুমম্মানা নোংমনগে তৌববু শরুক মানা শিন্না নোংমলএ। ৱাকৈ হিথাংফমদা দিজা হিবু থাংনা, থৱায় অপকমা পূম্নমাবু লাইজা ইৱানবিবদুগুমএ; লনওন মপৈ য়াম্না অম্তুম লনশারবদস্তুং তাইবং মায়া শিফালাং, লাইজা টরৈ চনগুম্বা অসিবু লানতমলোইবরা মনিঙএ। পূক্লিং অপেন নাইদে। মপোক লাংওন অমরক্তা খোইমোম লাইরৈবাক, অনা হেশোন নীক্তবা, অমন খমনৈ কূমদবা, সুংতাই মথোই তোংনা শিদবা ফম্বীরেনবু তানফংগে হায়বগী লাইনিঙ মরম মঙাখাবু তিংনা মোমম্লু মুজা পোক কাদং শীনবীশিংনা মপারী সুংচানবগু শমু নমদা পোবগুম তিন্নুপ লাইরুপ অয়ঃম্ববু কদো-

নোং থৌকাউদে। কোয়ো অহিং_নোংথিল নাইদনা খোম্লাং ইনৌহনবগুম থরায় অপকমবু লাঙ্গোনএ। লাইজা ইরেনপুং অচৌববু শিংনা কংহনবগুম লমচৎ লৈথা ভারবা থৈবিকপু হয়া হয়া মাংডহলএ। ধর্ম্ম উপাল শিদববু ভানকংগ হায়বগী শংলৌ থৌরাংবা অচেংপবু খোইথোম লাইরুপ পুম্নমানা থগু লৌএ। ল্যাইনিঙ মতৌ খিবিক্রা কোয়রেং হাউথোইদিং মরমদবু থৌরম য়রেং ভাহন্দে। পায়মা উনকোয়নিংবু মালেম লৈমায়োনগুমএ। কোলোয় য়াথং হায়দোকথিরববু পূক্লিং, হনয়েং লৈক্লদে। যুগ লাংওনমাবু ওইবা, খোইথোম লাই অদুনা ভাইবং মীপোক ওইরিবা খোইথোম লাইপোক ফাউরবা থৈবিকপু লানবিগে হায়বগী লাইনিঙ মহৌশাবু থাদোক্তে। বাকয়ে হিরাংচানবু দিঙ্গা কায়ভোয় চনবগুম, পূক্লিং, হকচাং, য়াথং কায়হন্দনা। থৌরম অথিনবা, য়ারম অতপ্পবু নাইদনা মাঙ্গী থৌরম ফনববু খোইথোম ল্যাইরমলেন মক্তবদা পূক্লিং শেপলৈনহন্দে। লহান মাঙগী লাংওন মপোক ভরায়ক্লা দিঙ্গা বাকয়ে হিপা ওই, ভুংগী মপোক ভরায়ক্লা থুমু নৌগা ওইনা থরায় নিংশা পাল্লিবা থৈবিকপু লানবিগে হায়না পূক্লিং কুরু-শুংদ লাইনিং ভাংথৎ নাইদনা নমু পোংওইবনা মপারী মুংচানবা মযোম মুংওনবীবু কৈরা ভান্দাথোং থজাই লেংলোই-চপ শিনৌ কুরাংনম্না ভোয়নবগুম পূক্লিং অপেন নাইদনা লাংওন মপোক থুদিংবু থৌকাউবিদে। খোইথোম লাইবু-ওই ভাইবং মীবু ওইনা মুংঙাই অমরক মরাঙকায়, মুংশি অমরক লৈথৈভানা মপোক ল্যাংওল্লুবা থুদিঙ লৈমলৈ ভানিংথৌনা লাইবা ইবেন

পুংবু থানদবগুম লাইনিঙ মহৌশাবু থাদোকপিদে। কুন্না খোই-যোম লাইওইখিগে ভৌবগী পূক্লিং খৌকাউদনা নিঙশিংলকলে। দান দক্ষিনা ভৌবদা পূক্লিং মহৌশাবু ওইনা সনা মহকশাংগা থাইনবিদে। ভরা অচা-বাংপা, চৈরৈ অয়িন তাখা, পূক্লিং অরনবা খৈবিকপু ভরা মাদি চাথংদে। চৈরৈ হক্তা শেংতনা, ভরা চাপিঙা- চৈরৈ কি পীনৈএ। থবায় কনা অমবু শিহন্দনা লাঙ্গোল্এ মহাক মম্মোমগী পূ'ক্লং বারক চেংনা বারম্ অরে'নবা য়াথং অরানবা খৈবিকপু হায়বিদে। তাইবং মরোল অহুম্নাবু মত্তৌ করম ওইনা লালহনসি হায়বনো হায়না থবায় অপকমাবু কোয়রেং খোইদিং মরমদবু খৌজাল তাইহেন নাইদে। শাগৈ মচেং পাচামা, তাইরি শমজিন্নবসু খমজিনদে। লায়র অতোনভাব ভয়ম নাইরৈখিবুসুং ইম্মোকতে মরল লৌরু চাউ-পোকপা, মরল য়ারা পুন্নাউ লোইবানে লৌচিনদে। চেংলৌ মিংপু লেম্না থিঙমদবা খৈবিকপু থবায় অমত্তানে হায়না মনিঙ্এ। নমু কনাগুম্বগী মরল পুংবু লেখবু পূক্লিং লনপাম্ নৈক্লদে। নমু মী মপঙ্ কনা কনাগুম্ববু পূক্লিং লাকচক্লদে। মত্তৌ মরমচং অসিং-গুম্ববু খোইমোম লাইবু নিঙ্বা ও ভৌন কোএ। লাইনিঙ মরমচং মক্তবু উনা থবায় পুম্নামানা খোইনা খৌজাল য়োইখোন্নৈএ। লাইথি য়েক্তা তাইবং নমু পো'ওইবা পুম্নামানা ভৌঙমদবা অসিবু খোইযোম লায়রিক কিপু চম্নবনে হায়খবরা। খোইযোম লাইবু নিঙবশিংও! নন্দকুমার য়ারী মু'তাইবা অসিবু উনবী পূক্লিং ভগ্না নাত্তাবিও। নন্দকুমার খোইখোইবা অতুনা মাঙ্গী লাংওন মপোক

অহানবদবু উনবী নিংশিংলুরে। লহাল মতম অহুঙৈদা নাকুল ফুরা মহাকথক্তা অরোং খোইখোইবনা খোইমোম লাইরৈবাকপু ইন্দা-নথিরবগী মরু মালেম লমদা তারৌবদি মায়কৈ থান। পাংবরমদা লৈরিবা খৈবিরা ইরাং পুক্রমনৈএ। মতম অতুঙৈদি বারানসী চেয়নৌ সনা লৈবাক্তা, হুংঙাই মতিক চঙখোনএ। নিংথৌ মহাকথক্তা চোয়নৌ সনা শঙ্কাফরেনগী মপু ওইনা পালএ। হীরেন, মাইরেন, হেরা, মনিক পুম্নামাগী হেরা য়াই মপাবু ওইএ। ধর্ম্ম লাইরমলেন মঙা মাবু চেংনা সনা মরৈব ক অচৌবদো কোরৌ অহিং নোংখিল নাইদনা, দান ধর্ম্ম তৌনা হরাউনৈএ। মাংকৈ মখোং মরীমাদো ঙেংনৌ চিদাই নানদ মালেম পাংশোই নীক্তে। নমু কনাগুম্বা অমত্তবু তরা অচা রাংপা চৈরৈ অমিন তাম্নগী পুক্নিং অরা লৈতনা পালএ। তাংবং কোইজা পোং পুম্নামাগী হৈজ লনথোক্ত ভানব খৈবিরা দিঙ্গা রাকয়ৈ হিথাংফম্ম ওইনৈএ চৈরৈ ফ থুংশা চোয়নৌ সনা লনমরু পুম্নামাবু থান-ঙম লৈঙমদনা পালএ। বারানসী থুন নিংথৌনা মদাইরম পুম্নামাবু খৌজাল তাইতেন নাইদনা লৈবাক মীয়াম্বু মচা য়োকুম লাঙ্গোলএ। মতম অতুঙৈগীদা খোইমোম অরোং খোইখোইবা অহুনা লাংওন অ রক চাউনা পোকএ। মপোক অমা শীরা পোকএ। লাংওন মপোক কয়ারকপু থীঙমদনা মদোম মুংশি অরা মংনা পালকএ ধর্ম্ম লাইরমলেন্দি পুক্নিং থোকাউ নাইদে। অরোং খোইখোইবা অতুবু বারানসী লৈবাক মঙাইবগী পনপাল য়ুমক অমা লমা, চান্দপুর খুঙ্গং অপশা, চৈরৈ ফিগাবদ পোক্লুরে হায়দবর ?

চৈরৈ ফিশাখুল মুংঙাইবা অদুবু কঙ্কাল লাহৈ-চিল, থমচেৎ মমায় চোনঙুমএ। মোমনু পুজালুপ পূম্মামান' চৈরৈ কিশাববু নমূ পোং ওইবা পূম্মামাগী উনবী পূক্নিং থুংএ। য়াউরোশা শায়েক্না খোইমোম লাইশক তম, নমূ মীওং-লাক পোনবী কোয়চা-য়েক, নোংদে ন লৈচলয়েক, লাইজা ইরৈ তম্বু য়েকশোয়দে। কোয়ৌ মোংমদোম, খোইমোম লাইরৈবাকী শিদবা লৈরোং য়েক্নুগএ। মোমনু শাদিং তেমহুনব শমজেৎ তেমহুনবা তেময়া কূববু, চাংমুং নোংথাং কূপকুমএ চেংলৌ মিং পু ঙকএ। তরেং খোংকাং মাঙদ-খা থাপলৌ মরিনশংনা শিম্নাই মহৈ খোইববু পাউমেনসি হায়-রবদি য়োইবু লাইরিকলৈমা শিংজা খোনবী মথূংশূ কোঙয়াং রাম্নুকচৈবু কোলোম মচিন ভুম্না য়েক্রুবস্নুং মহৈ মভিক ফংনা হায়ঙমংলোইএ। মতম অম্ভুদা খোইমোম অরোং খোইখোইবা অদুনা মপোক লা'ওল্লুবদো খোইমোম লোইরমলেন্দা পূক্নিং চেৎনা থোকাউদে। চিনচোই পাউয়ান-য়াম্বা, য়াথং য়াপৈ হায়বা, য়েক্ল পাউনৈ চেনবা, লৌনম খুয়োলাং পূম্নামাবু শমু মহকশাংদঃ চঙহন্দে। পলেম মমা পোকমাবীগী শমু মখোঙথাদা মতৌ অরাকপা পূক্নি অনোনবানা, য়োইনা থোগৈজেএ। পলেম চৈরৈ শেৎনবা মানলৌ ইমবা পূম্নামাবু চৈরৈ মকহন্দনা, লাইজা য়িদ শূনা ইনহনলে। খোমলাং লাইজা ইহম্মনবু থোকাউদা অদা নাউয়োকমনবু রানিন্দনা, কোয়ৌ নোংজা থূদিংবু পলেম মমা পোকমাবীগী মুংঙাই পূক্নিং পেনহনএ। হয়াউ মখোই ভোংনবা পূক্নিং অতন নাইদনা য়োইনা থোথজৈএ।

লহান পলেম পিবুকন্নু'দা। ইপু শিনয়োমলানা য়োমলিজৈগীবু উনবী লৈনিঙশিংনা পলেম ইমা পোকমাবীনা মপাবী মুংজানবা ঐবু অরা নাউপুরকপদি তাঙজা ঙৈপুননা হকচাং নোংথম-চল, লাইজা কোকয়ি-কা অওল ওলাং শাউনা, হুমাং লৈরীক কা, তিংনাউ য়াঙলী-নোপ্ খোমলেন ভুমফা ঙৈফানীক্, শিংলি পাফল-মু, খৌরী ঙককোই-চেং, তিংলাং লৈরুম-ফা, শমু মখোঙবী অনিবাবু, চেংলৌ মিৎথিৎ য়োঙমদনা। লোইদাম থাবুম তরা শুদরিবমথৈবু থবায় শিরাইদমঙুম, অরা হক চাক লা'না, নাউ-পুরকএ। ইপু শিনয়োমপুংগী নাউনৌরবদস্নুং লোইদাম থাবুম মাপল শুদরিবমথৈবু, শমু ইহকশাং লাইজা ইমন ঙৈবা তরা চামন্ ভোংপা অসিবু, পূক্লিং ভুকচচববু লৈতনা, শিংলেন লৈখুং-শিঙুম, ফৈরা তান্দা-থো', কুরাং-নম্, খোমলাং তাচিন ইনৌ-হন্না নাউয়োকএ! পদ্মৌ লাইজা ইহুনবা, পলেম হকচাং ভুরৌলিং অনিমাগী মতিক পান্দম্লবদি ব্রহ্মাণ্ড মপুং অ:চোবনা পাবোং নামা ওই, পলেম প:দ্মৌ অনিমান। পাবোং না!মা ওইরবস্নু', ইহাক ইদোম্মাগীদি মাদেশ তাইবং পানবা অসিনা তাউজিং ঙৈহক্রু মরমঙাইএ। মরম অসিগীদমকপু পলেম য়োইনা মথৌথন্দা পূক্লিং অরা লৈতে। নমু কনাগুম্বশিংনা পলেম পোকমাবীবু অসুম য়োইনা থৌথলহল্লবদি, খোইমোম নোংদম্বা মপুরেনগী সনা মখোঙ-থাদা ইরাং থৌগজবগা মহয় পাংথক মান্নেএ। তাইবং মী, খোইমোম লাইবু ওইনা পোক্লুরবস্নুং চেংলৌ গিৎপু লেম্না, মুঙাই মখোই তোংববু তানফংএ। কুরা

লাইমরুগী নির্ধান কম্বীরেনবুস্লুং য়োম্মনা তানফংজেএ। বারম অথোইবা থোইংমোম লাইরারী অসিবু মায়কৈ চিথেক মরীমাদা লৈরিবা থবায় নিংশাপানবা থৈবিক্লা থঙশুনো হায়বগী বারী লেংথোক্লম্বনে। নমু কনাগুম্বনা বারম অওকপা মহাক্লে হায়না নিঙজরিবশিংদো অফ মথোয় ঙ্গোংনা অফ মহয় ফংজেএ হায়দরা? নন্দকুমার বারী মুংঙাইবা লাংওল মপোক শৈ অসিবু উনবা পুক্লিং শীনা নাত্তাবিও!

# অহানবা পন্থুপ

চান্দপুর খুঙ্গং মুংঙাইবা চৈরৈ ফি শাবা অচুম্বিশিংনা লোইতাম মেরা থাগী কোয়্নৌ ফেনচুংতোক্ ৱাংখল চাইচু থম্না, নোংলেন ইমৈ তুইখিৱবগী চিকথম হিয়াঙ্গৈ থাদা ভগবান চৈরৈ ফিরোয় হৎকে তৌবগী শংলৌ থোঁরাংলে। পূজ্রি খোইমোম লাইবু নিঙ্বা হক্থক্ অমম্ কোক্লবা, পুক্লিং ইথক মিংনা কোয়্নৌ মরে'ল ফাউরবশিংগী চিঙ্গাক হাউংখোই থুমখোইববু, পুংবু লেম্বা চৈরৈ য়াকু মশী শু ফিচাকোং খোইমোম্ লাইশাবা, ফিগে লমঙানব', থান্চু য়েক্কৈবা থাগী ফরাংচিপা মানলৌ চূনবা পূম্নামাবু, ভগবান খোইমোম লাইনিঙ ফিনচিংনা পুন্নং হিয়াঙ্গৈ থানিন নোংদা নাহা তুবী ওমু হনবা থাক্তনা বারানসী চোয়ংনৌ সনা লৈবাক্তী, হৌনমরমচং, হরাউ পুক্লিংচঙ্ মুংঙাই মরাং কায়না চৈরৈ ফিরোয় কংএ। লমবোই খোইমোম লাইবু নিঙবশিংদো পূজ্রি নাহা অহল থাক্তনা চৈরৈ ফিরোয় লৈবা থুংএ। মশুং জ্রেমালেম লৈবাক লৈমদসুং লাইঙা ঈশিং হৈনা, মহৈ লম্নিজৈএ হায়দবরা ?

খোইমোম কতমা ফুরা লাইমক্তনা হে সেবোক ইপারীশিংও ! উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত'উও ! মতম অদুৱৈদা খোইমোম লাইবু নিঙ্বা পুম্নমক্কী শ্রাং লম্বোই অতোনবা অমবু ভগবান্ চৈরৈ ফিরোই থুংদরে। মরম করিগীবু থুংলুদবনো হায়রবদি নম্ মীচু থবা, লাইরা অতোন ভাবগী মপোক মখোই তোংনবা শ্রাং লম্বোই

অংতোনবা অদুদ চৈরৈ লনয়েন থুংলৌদে। ভগবান চৈরৈ ফিরোয় থুংদবু উরবগী খোইমোম লাইপোক ফাউরবা চৈরৈ ফিশা থুন্দ পলেম য়োইনা মথৌখনবু মচি লনওটনবা, লাইরা অতোন তাবা অদুনা পৃক্তি খোইনা অরা চঙ্এ। ভগবান চৈরৈ ফিরোয় লৈয়িংদি লমখোই মখোঙখাদা কংচক্লৈডনে। ইরান করিগী অতোন তাবনো কল্লকএ মামলৌ ঐগী শেংনমল অসিবু, লাইজা য়িদা শৃনা কংচক্লস হায়বপুং হকচাং সুরা কারে। চৈরৈ ফিচু খাউতৈরে। ভগবান ফিচু ওনঙম্ লয়োইএ। শিনৌ কুরাংপানবু হকচাং ইউল হুনা কচ্চক্লসে হায়বস্থুং ভগবান খোইমোম লাইনিঙ্ ফিবু ওইঙয়রোই। লাইরা খোটনা অতোন তাবগী উনবী ঐগী পৃক্তিং করম থুংফদবনো ওন্থোকএ হায়না অরা পোংলুম পুনা মীকপএ চৈরৈ ভগবানবু শান্ওন্ঙমডৈনে হায়য়িমীদি হকচাং খাংচি মিতমলেন্ খোইশাং লিনশাং পূয়ামাবু য়াউনা লম্বোই মখোঙ-খাদা কংচক্লডৈনে হায়না মুংশি যারা ভুকুপ-চুং পিরেম মরাঙ-দৌ চেংলৌ মায়খোং মুনা অসুম নিঙ-খল্লিডৈদা সুরা চেংলৌ মখোক্লকপী লোইদাম্ নিনমাং থাঙম, শকওং মঙান নাইবী, পলেম পীমাচাঙম, মচেং হকমা ওইনা থৌজাল পুকমায়বী অহমদংনা চেংলৌ মিংলৌ মিংখিংলবগী হে ইবুংঙো লাইরা অতোন্ তাবা, তন্বা নখোকলকপা পাখং লাংচেং নকারকপা নঙ্না পিরেম খকমাদ, চেংলৌ মায়খোং-মুনা অরা পোংলুম পুবিবা অসিবু রারম করি লৈবগী তৌশিকনো? সুজা পলেম পীমাচাগুম্বী। সুজা ঐখোয় অহমমাদা বারম মৌ

খঙহল-ও। কোলোয় নঙগী য়াথং অথুম্বনা হন্না হন্ন। পাউহংলবদা হোয়দা হে মোমন্তু পামেল চুমলৈ মহুল্লকপী লোইদাম কুমজিল লৈশুম চেংলৌ শককোয় হেনবীশিংও। উনবী নখোয়গী নহোশা, নম্ পূক্লিং অরাবর য়েংহৈহন্দবুগী সুংশি ইত্তো য়েংনা, পাউহংবিবা অসিবু রারম অওকপা মহাকনে। কুমশি লোইদাম হিয়াঙ্গ থাগী পূঙ্গি খোইমোম লাইবু নিঙবশিংদা ভগবান চৈরৈ ফিরোয় কংনা বারানসী লৈবাক পূন্নাহুপ হয়াউ পু বুলেম মাঙখঙ্ মনিন্-নাই বাংলেন পূংজাউ-থিন তরেং শেনবু-য়েং কামুন নোংমৈ খোঞ্জেল-চাউ, খোইমোম লাইমিংশক, চুকোই লেপলৌ-শা, অশৈ খোন্-মামনা চাংঙ্ লাইশঙ্ কোয়না কৌরৌ লনশাববু, লম্বোই লাইবু নিঙব পুন্নামাবুদি ভগবান চৈরৈ ফিরোয় থুংএ। শ্যাং লম্বোই অতোনবা অমত্তবু চৈরৈ ফিরোয় থুংলমদে। মরম অসিগীদমকপু মুংশি অরাবা পুনা, হকচাং মৈচাক খোইরে। চাঙঙ্-লাইবক থিবনা ইরান করিগী অতোন তা থমথু য়াইচেং নীক্কা করম পোকলম্বনো কল্লকএ। লহান পাংওন অমরক্তা শুক্র সনা মখোঙ-থাদা য়োৎনা খৌখল বাংপগী উনবী পূক্লিং থুংদনা খোক্লরে। রারম অসিগীবু অরাংপোৎলূম পুঙমএ। হায়না পাউ-তাক্লবদা মুজ মখোক্লকপী অহুম্মানা রারম ঐখোয়না পাউমেন্নরিঙৈ অসিদা অঙানবা খোঙলান থমখিবনহুম্ কাল্লবৈঙোন লাইর অদোম তাবা ইবুংঙো তাউও। নঙবু থাংঙা লৈকায়-লান চান্দপুর খুঙ্গং কোয়না- লোকয়াই পানকো লৈ, শিনো লৈ কবোক মোইং-থাপ তাচিন লৈবু, লননিক্ল-ও। পলেম পিথাচাঙথী শানৌ

ইচিল ইনাউ অহুম্মানা খোইমোম লাইনিঙ্-কি, চৈরৈ ভগবানবু ভাউথওগে। পায়মা নঙ্গী উনকে য়নুংদা অরা পোৎলুম পুরিবা অসিবু খোরাং ভেংবাং ওম্বরা য়েংজগে হায়না পাউমেনববু নাভারবগা হরাউ পুক্কি-চঙ, উনবী পুক্কিং লোওদনা লৈকাই পান-শঙগে। নমু মাখোঙ্জিন খুদিংদা সু শি মপাউবেন্ অমেওবানা হে পপেম পম্পো ভাইবা! চীংওু ল ইবক ফবা! লোক্ক চাউ-পোকপ, শিওজা কোনখিন্ বশিংও! খোইমোম্ লাইবু নিঙব-শিংদা চৈরৈ ফিরোয় কৎকে নিঙজববু টয়ান অত্তোন ভাবগী, ভানফংজদে। শমু ইহকচাংবু থাংচি ভোংভম লেম্না কৎচগে হ য়বসুং চৈরৈ ভগবানবু শানওল্ ওমদরে। শিনৌ লৈ কবোক, ভুপ্নুং লংলা অরেমথাক থাপলৌ শিনহানলৈবু লনপিনৌও। হায়না শমু থাংচপা চাংজৌ চেপ্পা লোমা পুকমুয়বগী য়ারা লনয়াম লোইবশিংনা কোলোয় মাগী য়াথং-ভা, চেংলৌ মশক য়েংনা, সুংশি পিংরম থকমাদা, য়াথং লৈখোয়না হে ইবুংঙো! পাথং লাংচেং নখোক্কপা পামেল চুমলৈ নহুল্লকপা, চেংলৌ শকখোং হেনবা নঙ্না মায়খোং কুপচিং থাং কুচু নশক ওয়া, লম্মরবা অসিদোং, চেংলৌ নশক য়েং, য়াথং নপাউ ভানা পুক্কিং খোইনা মুংওল্লে হায়না পীনা কনাগুম্বনা হনয়েংদনা, পুক্কি পাম্মু লৈতনা, শিনৌ লৈ কবোকপু পিঙম্সুং য়াউএ। নমু কনাগুম্ব অমনা শাংদিং ফিশাঙম্বদগী ভুপ্নুং লংচাক অথনবা, লাইজা য়িদা ভিঙলোববু পীঙম্সুং য়াউএ। পুক্কিং কনা চিংনদে! চৈরৈ ফিবু ফানববু থঙজরবদা পায়মা মাগী উনকোয় সুংবু লোইদাম কুমজিন লৈনা

শি'ংেন খুমু হল্লকপগুম্ হয়াউ পূক্লিং চগুনা হলয়াইরকলে। অসাংটৈগী মুজা লাংচেং মংথাক্লকপী অহুম্মাসুং য়াংলো লমথাংমাদ লুমওক্ ওমএ।

হে ইবুংঙো! লোইদাম কুমক্লিন লৈগুম কা-ফবা, নমু মীওই চগুখোনব-ও! শিনৌ নগুন' লম্নিরুববু খগুলকপরা? মুম ঐখোয় অহুম্মাদি চেংলৌ নংবু শকউদয়বগী মুক্ত। ঐখোয় অহুম মানা পায়মানুংদা য়াক্লইএ নমু চীংগু লাইবক ফবশি না, মুংশ ন'তক খগুদনা শিনৌ লম্নি পীদয়বয়' হায়বগী থিপাই মুংয়েং চেংনা লমওকগুমএ হায়না মুজা পলেম পিমাচাগুম্বী অহুম্মাগা মাখোয় মরীমাবু ভাইরোয়ননা মরান য়'য়থু'লয়বদা পায়মা মখোয়গী উনকোয়নিঙ্ মরীমাদো মু'শি মথৈ কৈভনা মুংওৈম্লএ। হে ইবুংঙো! লায়র অতেন ভাব-ও! মুজা ঐখোয় অহুম্মানা উনবী পূকমান্ননা, পূক্লিং ভুখান লোংদনা', লাইর অতোন ভাব', মুংশি অয়া নংলবা নগুগী থৌরৈ ভেংবাংলগে হায়না পাউমেন্নয়বদা মুম্মা অহুম্মাদি মুংশি পূক্লিং অম্মা ওইনা শুংজিংম্রে! মতৈ শিনাও লৌভান্নদ উনবী পূকমাগনা খোইমোম অয়োং থোইখোহবগী চৈরৈ ফিচু নিগুথিববু উনবী লৈনিগুশিং পূক্লিং হয়াউ থোইনা, অ হং খোমলেন ভুমকন্দা নোংথিন অয়া পোথাদনা য়াবা শিনপু ফারবদা মুরা লাংচেং মংথাক্লকপী অহুম্মাদাগী মশাবী লাংলেন কোংয়াং বাপীহনগুম্বীনা ইয়োং কোংতিংথাং, শূনা লংলৌ-খন, তেমলাং থুংফু থোইনা য়াগুনা চৈরৈ ফিয়োই ভানববু মানলৌ থোইনা ভুনৈএ। চৈরৈ ফিচু হেনববু চীংঙ্গং

নোংথাং কুপ-কুপ কিগে চুদাননা চেংলৌ মিৎপু লংএ। সুজা মখোল্লকপী অহুম্মাগী মহৈ শিনশু খোইবনা চৈরৈ ফিচু হেনববু য়েংনা চান্দপুর খুঙ্গং অপিণা বার নসা লৈবাক পুম্বামাবু হেম্লোকপা চীংঙু ব্রহ্ম লাইয়িংথৌগী সনা মরৈবাকপু য়েৌনা নিরখিএ হায়দবরা ?

খোইমোম লাই খৈবিক্লা থৌজাল ভেংবাংবিরবগী মালং চৈরোয়নবগুম য়াঙনা শাংদিং লোম ইয়োং লাইচি কক্লে। ভেংনৌ কাতি থঙচপনা চৈরৈ কিকোয় য়াংলবগ লংশুং পুমথাং-লোন য়োত্নুখ চিন্দাই লেংনা চৈরৈ কিতু লোইরবদা ভাউজিং থৈবোং উয়োম্ংগী ভগা মচি লৌনা চৈরৈ কিচু শঙলে। মানলৌ মচু নিঙথিববু য়েংনা পায়মা উনকোইনিঙ মরীমাদো পাংন্নাই থম্বাল লৈন য়োইমরাক জাউদনবগী মুমিৎ মঙাল উর-বগা শিংলেন মকা কন্না হরাউবগুম পুক্নিং পোইনা হরাউরে। চৈরৈ অহবু থাদা কোন্না পুক্নি খোইমোম লাইনিঙকম শ্রাং লখোই অতেনবা মখোঙখাবু ইন্দাল্লকলে। নমু মীচু-থাবা লাইর অতোন ভাবা অহুগা সুজা পামেল চুমলৈ মহুল্লকপী অহম্মাগা খোইমোম লাইরমলেন্দা পুকনিং চৈমান্নবা অসিবু ওম্বোকএ। থরায় অপকমানা তৌঙমলোই চীংঙু লাইবক ফবা পুক্নিং চাশু ফবশিংগীদি পুক্নিং হকচাং য়াথং অহুম্মাবু চৈরোয়নবা দান ধর্ম্ম লনয়েললে। নমু কনাগুম্বা অমনা মতৌ অহানবদা পুক্নিং শেংনা উহললে। লৌশিং অকোনবদদি লিংজেল মক্লা চেলএ। নমু কনাগুম্বা অমনা কোলোয় ময়াথংনদি লাংবন খোয়হী

তৈশরৈএ। পায়মা মপূকন্নুংদদি শেনবী কনভৌ য়োংকুমএ! নমু কনাগুম্বা অমনা লৌশিং মাঙওইনবদা য়াবা লনয়াম য়েন-নিংএ। কোয়া মতুং থোকপদদি পীনিংদে। লিংজেল কনাগুম্বা অমনা থোইমোম লাইদা কৎকে হায়না শঙলৌ থৌরাংলবদা, পাম্মু হন্না য়েংনা খাইয়োবন্নুং য়াওএ! ভাইবং কনাগুম্বা অমনা কোলোয় ময়াথংবু লাংবল থোইরাংহৌগুমএ পায়মা মপূকন্নুংদি য়াউরো শারিনচেনগুমএ। নমু মীরিনচেন রায়ম শিংথাখিবা থৈবিক্তো, থোইমোম্ লাইরৈবাক কম্বী চিকথোইববু কদৌনোং ভানফংঙমদে। মহাক মদোম মদোম্মাগী লিনচেন মহৌশানা মিংথি রাইরেচেন্ মালেম লৈথা তানা মাঙ্নখিএ! পুক্নিং ওম-তৈনবা লিনচেন্ মভৌ অসিনা মপোক হন্না হন্না লাংওলএ। ম্নুংঙাই ময়াং কায়এ। ম্নুংশি অবা নংনা অমনথমলৈ কুমএ। মুজা রাচুম শূবী অছম্মাগা লায়র অভোন ভাবগা মথোয় ময়ীমাদি, নমু মীরিনচেন্ কনাগা মান্নদে। পুক্লিং হকচাং য়াথং চৈয়োম্ননা থোইমোম লাইশঙন্নুংদা চঙজখিয়ে। হে ইবুংঙ্ নির্বান ফম্বী অথোইববু ভানফংগে হায়না নিঙ্লিবা শ্যাং লম্বোইবা অভোনব-ও। নদাইয়েম লাইয় অদোন ভাবা ঐথোয় ময়ীমানা লহাল বারানসী লৈবাক পূম্নামানা ভগবান চৈরৈ ফিকংনোংদা ভানফংজরোদে। খুনলক ভয়া চাক্কানিনা পুণ্ং রানথোংবা ঐথোয় ময়ীমানা নমু মীথোংজিল খুদিংদা শিনৌ লৈ কবোক ভুন্নুং লংলেমথাকপু নিনা চৈরৈ অসিবু ভাউ থংজরকএ। কতমা ফুরা লাইমক্রগী সনা খুয়ারেন্দ, পুক্নিং চাচনহিক্রবা ইবুংঙ্ ভাউও। নদাইয়েম ঐথোয়বু

য়াইফা কেনোয় মিংলেন চংপ হরাউ মথোই তোংববু লনকু-বিও হায়না ভগবান চৈরে ফিরোয় কংচরবদা খেইংমোম লাইবু নিঙবা শ্র্যাং লম্বোই অতোনবা অত্রুনা হোয়দা হে লায়ব অতে ন-ভাবা লৌশিং ইরৈক লাইগুম লুখোইব-ও। পুক্নিং য়াচুম শুগী অহু-স্মগ নখোয় মরামাদি কোনোয় মিংলেন চংপা। য়াইফা মহে পানববু য়োন্দনা ভানফংও! হায়না ভগবান খেইমোগ লাইনিঙ ফিবু হরাউ মথোই তোংনা লৌবিরে। অনৌব পুক্নং থৌজ্জল থোইনা পাউমেনখিএ চৈরে নঙখোয়গী কি থুংশা ভগবান মমল মন্ডিক লৈতববু কৎলরে। পায়মা নখোয়গী উনকোয়মুংদা নিঙজববু মথয় করিগুম্বনো য়েন্দন ভানক হনগে হায়না পাউহংলবদা। পায়মা উনকোয়মুংবু সনা পুমদা-শীক্ষুম পুক্নিং অন্ধা ওইনা পোকমম্নবী মখোয় অহুম্মাদগী মুজা শূপ্রা হনবীনা মশুং ত্রিমালেম লৈময়োন্দা লাইজা য়িগ হৈনা, হে মশুং ত্রিমালেম শিদবীও! নঙস্থ কোরৌ নোংমদোলগী খোইমোম লেংনা তিনবা নঙখোয় থৈবিকস্থুং নাতাউ ও! স্তাইবং নোংশাপালগী লৈরবা থবায় নিংশা পানবা থিবিক্তি মীপোক হম্মা হন্না লাংওললে। হকচাং হম্মা হম্মা থাইনৈএ। লাইজা ঈপোকথকী কাউশঙ লুয়োই ভাউগুমএ। গর্ভ ইন্নু শিনয়োম্নুদা চঙনা লৈকবস্থ কয়ানো? মরম অসি থৈবিকপু উনবী নিঙশিংলুরবদি পুক্নিং শোংকি চঙ-লুইএ। হকথক মপোক অসিগী পুনশি চেংন্সেল লোম্নবগা পলেম পীবুকনুংদা চঙববু পামদরে। ইন্নু শিনয়োমনুংদা য়াতাক্লবা অহুম্ন মালেম লৈখুম্নুংদা শুমজিনবাহুগুমএ। পলেম পোকমাবী

হৈরাং অশিন ভংবা শংনৌ য়েনখা-চাবা, য়েল্লাং শারি থংবা থূদিংদা থাম্বী মৈশা লাংশুমএ, থাংভংদে। হকচাং ভিংথং ফাম্না থিনবশুম্ববু থোইনা নাইএ। পলেম পোকমাবীনা খোমলেন য়াভাফমগী হৌপংপ, খোঙকাপ নৌরৈ থাংনা চৎথোকপা। অরেং অওৎ খৈবিক্তা হকচাং ইউন হুগুম্না অরামথৈ লৈতনা থংশুএ। তরা চখোম য়োংপগী লুরাই কোইরেন্থক্তা তারকপবু থোইনা নাইএ। পলেম চৈরৈ য়াবুন্নুংদা খোমলেন য়াউওন থুদিংবু ভিংলি য়াঙলি থেকুমএ অহিং অমম্থশুম চেংলো মিশক উদে। হকচাং চৈরৈ ফিত্রুপ-তম, য়ংশুলেন লুরোই কোম্না তেৎনৌ য়োৎহিল্লং চনবশুমএ। অরা মতৌ অরুম্বা অসিবু শোওকিয়ে। পলেম গর্ভ পিবুকন্নুংদা চঙ্‌বদি ঙাকপিরে। শিংলেন চম্পা লৈন্নুংশিগী লৈহাউ মকান্নুংদা শিংলেন লৈয়োম চঙ্‌না নাউনৌজগে লৈহাউ মকা খিবিক্না য়োম্বিশুনো হায়না মপোক অসূম লননিজরে। মশানৌ অনিমাগা লাইর অতোন তাবগা অহুম্মামা খোইযোম লাইনিং শোললে। কোরৌ নোংমদোনগী চীংগু লেংনা তিনবা থৈবিক্লসং উনবী নঙ্‌খায়না নিঙ্‌জরিবা অসিবু য়োম্দনা তানফংজোও হায়না লাউথরকএ হায়দবরা ?

মশানৌ চিংখোং য়াইমবীনা নদাইরেম ঐন্থং পলেম পিবুক চঙ্‌না মীপোক হন্না হপ্পা লাংওনববু অরা মপৈ লানশুমদরে। থম্বাল লৈরক চিন্না শিংলেন মখোক লোয়রবগা থম্বাল লৈনা কেননা কিন্থরকপ চুশুমএ। অরাং লায়না পাংবরমগী হরাউরৈ থানা পাংন লাইজা ইচেলবশুমএ। অরা পোথা নাইদে হুংশি লাম্বং

য়াম্বু খাইন ঙাদে। তাইবং মরোল অহুম্মাবু তেকপি ওক-শুম ঙংশুমএ অরা হেন্দোকশুমদে। মালেম লৈখারোনসুং সুংশি অরা ফম্বিরেংগ্ন, কদোনকো! খোইমোম লাট, তাইবং মী অনিবাগী ফম্বী য়াংগোইফমসুং চেক্লা পোন্দা শুমশুমএ। পলেম পিবুকসুংদা লৈরিতৈবু অরা মরোল য়াৗএ। চিগ্লাক অয়াকপা শঙলো অথাবা, য়েনলাং অশাবা, হৈরাঙ অশিনবা মরম অসি খৈবিকপু পলেম য়ারেল খোংজিতোন্দা তংলবগা কুরাং উনশা শেংকুমএ। পাঙ্গল কনাশুম্বনা তেংবাংলদে। মরক অরা ফম্বীরেনশুমএ। মরম অসিগীদমকপু পলেম পিবুক চঙনা নাউ-নোনিঙদরে। হন্দক মীপোক লেংম্নবগা চেংলো মিৎয়েং অমা শাপ্না লৈবা, হিংচেংন উমং সুংতাইবদা মিয়াৎলে! শিংলেন চামলৈগী লৈরাং মকাসুংদা চঙনা লাঙ্গোল্লুগে। শিংলেন চামেলৈ অহুনা সনা শঙ্গায় ওইনা লাঙ্গোনবিশুনো। লৈরাং মনম সুংশিবনা খোম্লাং চনো ওইনা অচৌ লেপকানরুগে। ইপোক শানকোং লাইদমদা শিংলেন অহুনা লৈকা কনবীশুনো। অশুম পাউ-মেনববু খোইমোম লেংনা তিনবানা নাতারবগী তম্না মালেম লৈখোঙ শীল্লা তেৎনো য়ুহারাইএ হায়দবরা? মংরম অসি মতুংদা মশানৌ লৈরাং অতোনবী লিংচেল মহৌশাবু মক্কবীনা পাউ-মেল্লকএ গর্ভ পিবুকসুংদা চঙনা লাঙ্গোনববু ভুরেল-চঙ লৈঙোইশুম মশীং লাকঙমদরে। নদাইরেম ঐদি থরায় লাংওন নাইদনা পানবা খোইমোম লাইবৈবাক নির্বান ফম্বী অচৌকপদবু য়াঙনা তানফংজগে। খোইমোম ফম্বীরেন চীকখোইবা অহুবু

তানফংদরিঙৈ গর্ভ পিবুক-চঙনা নাউনৌববু অরা মহৈখ লৈতে। কোন্নু চু চপ্তরুগুমএ। হন্না হন্না অবা লাম্নং য়ামএ। পংলম ইম্নু শিয়োমহুংদা হকচাং লাইফি ইনৌ হেৎরকপবু তাউশিং হৈক্রু মরম পুক্ষরক্রবদা পলেম হয়রাং অশিন তংবা, য়েনলাং অথা চাবা শংনৌ শারি ত বা নোংদা। ইমু মচেং খোমঙমদা, হকচাং য়োই-কোইঙমদনা তুম পলেম পিবুকমুংদা য়াববু অরা মখৈ লৈতে। চৈরৈ থাউদা হাপকুংএ। লেংইদাম্ থাদুম তরানি শুদরিব মখৈবু অরা পোত্থা নাইদা পংলেম পোকমানীনমুং অর নাউপুববু পাঙ্গল মহেং-তা খোরী চংকোয়-চেং তিলাং লৈক্রুমফ, শিংলি পাকল মুনা মালেম চৌংলৈপাক খোত্থু নুং মেঙবা ওইনম্বু তরা চাকা ওইনা তংনিঙএ। তাউজিং হৈচানিঙববু থুংলেংপনিংদ। খোমলেন তুমকন ঙৈদা নীকএ। তাঙজা থুফব লেংনিঙদনা অবা হুইরাং শোলএ মতৌ অরাবা অসিবু তাংজা শম্বু মরমদবু পামলুদরে। তদা উমং ওইনম্বী পদ্ম শিংলেন থম্বাল লৈয়েংশ-মুংদা চঙনা লাংওনলুগে। শিংলেন থম্বাল লৈমায়ক অত্তবু পুক্নিং ঐগী ইতিক ওইএ। থম্বাল লৈকা পুম্নামানা পলেম ইমা ওইনা লাঙ্গোনবিগুনো। শিংলেন মনম্ মুংশিবনা খোমলাং ইনৌ ওইনা অচৌ লেপকানগে হায়না অসুম পাউমেনববু নাত্তা-ক্লবগা মশাবী পলেম পিমাচাম্বী অনিমাগা লায়র অতোন তাবগা অহুমমানা অক মখোই তোংববু য়োংদনা তানফংজোও হায়না খোইদোম্ লাইমিং শোনবিরে। চোয়নৌ সনা চৌংদোনপেম্বা লৈরিবা খোইদোম শিদবনচিংনা চৌংঙ্ লাইকপ পুম্নামানা মপোক মীইক খোইববু লনকুবিরে হায়দবরা ?

য়ারম অসি মতুংদা নমু মীপোক শাইওনবা লাইর অভোম তাবনা পাওমেল্লকএ। তাইবং নোংশাপাল অসিদা নমু পোংওইবনা মরান অমরক চাউনা-শা লোনরিম অমরক শীপোক-পল্লুগুমবু খোইমোম লাইবু ওইন। অমরক লাংওম্লে। তাইবং মীবু ওইনা পোক্লু চৈত্নুং লৈএ। য়ুংতাই মুংশি অনিমানা শমু খোংকাপ ওইনৈএ। রাংথুং ফম্বী নাইদে লাংওন মপোক হয়াবকস্নুং লিংচেল মতে' ফত্তরবগা মালেম লৈখা দতানৈএ। তাইবং মরোল অহুম। অসিবু পোংলাং কোয়চা উপকুমএ। লাংওল পেংখাফম্বু পুন্ন লৈতে। পায়মা ঐগী উনকোয়মুংনা পূক্লিং লাংপামজবদি কল্প তরু উপাল শিদবগী মপুরেমবু ওইনা তানফং-জনিঙ্এ। য়াইফা মরম অমসুং থরায় নিংশা পানবা খৈবিকপু দিঙ্গ' বকয়ৈ হিপুংম্নুংদা হাপ্পা লাইজা ঈয়েনপুং অচৌবগুমবু লানবিমগুম থরায় অপকমাবু ল'ঙগে। অসুম পাউমেনববু খোইমোম্ লাই খৈবিক্লা য়ুংতাই মখৈ লৈতনা মাতায়ে। শ'নৌ মচিম মনাউ অহুম্মাস্নুং পু'ক্লুং পোইনা হয়াউয়ে। য়াহলনন্দ খোইমোম লাইবু নিঙ্বা শ্যাং লম্বোই অতোনবা অঙ্গনা পায়মা নখোয়গী উনকোয়নিঙ্ ময়ীমানা নিঙশিরিবদো অপাম পূক্লিং থুংনা তানফং ও হায়না লনকুখিয়ে। অসুম পাউমেন্নরবগা তেংনৌ য়ুহায়াইএ। নেংপোক সনাচৌংনচিংবা লাইজা ইরম মঙামাস্নুং মালেম লৈবাক নীকএ। অদাং পাংলেন য়াইওইবস্নুং চক্ তিল্লাং শৌগুম শোপংএ। নমু মীওই চঙ্খোনবশিংও। পূক্লিং হয়াউ পোইনা মাতাবিও! মালেম লৈমায় অচৌবা মহু' মখৈ লাকওমদবা

অসিগা ভগবান খোইরোম লাইনিঙ-ফিগা মাম্নদে। নমু কনা-শুম্বা অমানা পূক্নিং মতুং ইগা কৎচঙবগে হায়রবদি ম'নলো লে'য়ান-ফি তা জা কোকথুমফি চেংলো মাঙৈ-ফি শমু খোঙদৈ-ফি, চৈরৈ য়াওনফি, ইক্ল শাফেং-'ক চৈরৈ ইম্নফিনচি'না ভগবান ফিরোয় তরেৎমা অসিবু কৎচ ওম্নবদি তাইবং মীবু ওইনা লাংওল্লংশ্নং নমু মীওই চঙ'খানববু ওইনা পোকলেএ। খোইরোম লাইবু ওইনা পোক্লবস্নু চাঁ'ঙু লাই মক্ল খোইখোইববু ওইক্লইএ। ফথৌ মরোল তক্লকমাদা লৈরিবা খোইরোম লাই পুম্নামানা হরাওবিএ। নোংথোল লাইরৈবাক্তা কাথিরবগা খোইরোম লাইপুরা চাঁঙ, লাই পাখং পূম্নবাগা কল্পতরু উপাল শিদবগী তলা উখোঙ খাদা খোইরোম লাইক্লপ ওহনা পানমরক্লইএ। মপোক লম্বোই তাল্লিবা মরীমাদো, লম্বোই মখোঙ খাদা হম্না হম্না পুক্লক্ল-ম্নবগা মরান ও'ন্দরকলে। হুরা অচা বাৎপা, চৈরৈ অম্নিন-তাম্বাগী; মরা'ন লোমম্নিময়ায়দা য়াঙ্গোইজববু খোইরোম লাইবু নিঙথা পূক্নিং মথৌশাদি, থাদোকপিদে। লাইজা ইনৌ কাঙুম মখোই হৌরকএ! থরায় নিংশা পানবা খৈবিকপু খৌজাল তাইহেন নাইদে। মতৌ অঙকপা পূক্নিং অনোমবদু, নাপী মণ্ড'মানঙনএ! তাইবং নোংশাপান্দা পুনশি মতোল লেম্না অপুন য়াঙ্গোইরম্নবগা খোইরোম লাইরৈবাক, হুংমাং কাউথঙকোনগী সনা শজায়হুংদা লৈরক্লে। খোইরোম লাইগী শঙ হুংতাইবদো মতিক পান্দম লৈতে! হীরেণ য়াঁইরেন মণি, মানিক থিদমনা হুমিং মঙান অমাবদু তম্লৈকএ! কোমদোয়

শঙ্গায়ভোন্দা সরছু য়াই মকুনা অহিংনৌং খিল ঙালএ। কেংমলোয় শঙ্গায় য় য়দা সিংহাসন ফম্বীরেনবু লৈএ। মচিং য়াই মকু খৈবিরুশ মরেং লিকখাব ঙৈনা ফিগে চান্দুবা থক থম্না খোইমোম লাইরুবা খৈবিকপু কোয়না ফম্না য়াথং নিঙথিখোক, য়াথং অথুম্বনা পাউমেমৈএ। হৌবা মনিক থংবা, মনিক ভঙ্কা থিমবা সমা কংথোল খোইখোকপা নাকথিং মেংশেল ভোম্বদা মলি মনিক থিনবনা চেংলৌ মিৎপু লংনা য়েংফদে। মপোক লনঙম চাউবী শানৌ মতৈ মনাউ মরীমাগী মঙাল অয়াবনা খোইমোম য়াইকোনমুংগী মঙাল অসি খৈবিকপু ঙমজৈএ। পামেল উপুনশি, পামেল ঙলা উপাল শিদবগী পামেল উতোহ্কুগী চিঙাক হাউখোই থুমখোইরিবা খৈবিকপু হেক্না চাইএ। চৈরৈ হেক্না শেংএ। কোয়ৌ নোংবুম মান, মানলৌ চাম্মারক হোংএ। মচি য়াইকঙুংদা লাইজা ইরৌকলাইবুঁ থম্না থোকএ। খোইমোম লাইরুবশিংদো লাইজা ইথৌ লাংলথগা শিংদবা ঙলা উতোহ্কী ঈশিং মথম্না তারকএ। চৈরৈ শেংনবা মানলৌ হিম্বা, তাউজিং থুমখোইব হাউখোইবা শিংঙলেম লৈবুংশি মনর্ম পুংওল পুক্লিং হুবা চিঙাক হাউখোইবা খৈবিকপু থাজনা ঙরা চামথোম-চিংনা, পামেল উতোহ্কী পুক্লিং মতুংইমা মতান্নির্কএ। খোইমোম লাইরুবাশিংগী লমচৎ মতৌ নিঙথিবদি মতৌ কনাগা পান্দম্ঙম্-লোক্তএ। কোলোয় মখোয়গী মপাউমেন, য়াথং মরীইরদো বাইম ভালিঙদনবু পুম্না য়াউদে। মচু তোংচেং কায়নৌ থরানপিচাকুঁবঁ ঙৌনা শংনা হেনএ। য়ারেন খোংচিভাবু সনা হাজং য়েঙবএ।

চিনবান মোইকাইরেংবু হিংচোল চৎদানৈএ। খোইমোম লাইকুমা অসি খৈবিকী মরূপ লুচিংবীনা অরোং পোখোইবগী শমু ওইরম কমএ। মতম লুংঙাইবা অমদা চায়ংলৌ সনা ফিরোম শেৎনা, শিংলেন লৈগী ইংখোনলেন্দা শাম পাউদোইনকুইএ। চুকোম খোঙলৈ শাববু শিংলেন লৈরোং যেক্লুমএ। খোজেল লুংনৌ-রিবা খৈবিকপু খোংনা লুংঙাই কুপ্পে ওইনরিএ! খোইমোম লাইরুরা মখোক্রুকপীশিংদা লাংহৈ কুমশিং তরামঙাগী হকচাং মতম ওইএ। মচাউ হেম খোইনদে। চেংলৌ-মায়ংখাং হেনবীদা চোয়নৌ সনা চৎবা লৈনা নিংঙথি থূফম হোংনিঙদে। লৌশিং পূক্নিং ঙকএ। হে ভাইবং নমু পোংওইবশিংও! পোংবাউ রাতা-রম্বু নাকোং খোংজাউ হাংনা নাভাবি ও! ভগবান চৈরৈ ফি-রোয় কৎপগী বারম অখোইববু পাউমেনলকে। ব্রহ্মলোক খোইমোম লাইরৈবাকী মরোল অহুম্মাবু তানকংলমলুএ। নমু পোংবু ওইনা পোকে ভৌববু মীপোক লাংঙনবিদনা খোইমোম লাইরৈবাক্তা লাংহৈ কুমশিং রাম, লুংঙাই মরাং কায়না পালএ হায়দবরা? ভগবান ফিরোয় কৎপগী মহয় অচৌবদি অসিনে। হে নমু পোংওইবশিংও! লুজা মীওই চঙখোনবী শাগৌ মচিন মনাউ অহুম্মাসুং ভাইবং নোংশাপালগী চাকচা মতোল লোয়বগা থবাগ মমিয়েন্না শমু মহকশাংবু নমদা ছুমা ভুকশিন, খোইমোম লাইরৈবাকপু ইন্দানখিরে। খোমপেন মংলান চানগুম চেংলৌ মিৎকূপমরম্ চৌংঙ লাইশঙলুংদা চংখিরে। খোইমোম লাইগী তমা মচাকচা, চৈরৈ মকিশেংপু পোংলোইংমশীংগুনা হোংলুরে।

যাইগী মচু অরাউবা, অঙৌবা অঙাং অশং পূম্নামানা কোদোয় শঙ্গায় ঙালএ। সনা থাংথা শরীক্লা, যিয়েল্লেন শাইগং কোয়না য়ালএ। য়াইগী নাকথিং অকোয়বনা মচুম মালেম লমদা ভাগে তোঙুম লমঙালএ। য়াইগী ভরেং মিতম ওইনা তাউথবা, কোনলোয় শঙ্গায়নুংদা খোইমোম লাইক্রুয়া অহেনবী অঙ্গশিংনা শমু থুংথেকনৌ চুংকোই খোঙচৈন শনা পাউংতাইনৈএ। য়াইগী চৈরৈ থকথন্ননা সনা কাংথোনথক্লা মেংনভেক মোনপ ক চৈরৈ য়াকু মশাংশুন থাইএ। খোইমোম লাইরৈবাক অহূদা শানৌ ম'চল মনাউ অহুম্মাগা মল্লিক পান্দনবাবু পূন্না লৈঙমদে। চে লৌ মথোয়গী মশক উরবগা খোইমোম লাইক্রুয়া হামা লৈঙম্বীশিংনা পূক্নিং খোইনা হয়াউঙমএ! খোইমোম লাইওং নিংথীবী অহেন মিৎচুথীশিংগী পুক্নুং মক্নুরিক্তে চৌংশাই ফিচুমেকপু খোইনা চুনৈএ। লাইক্রুয়া মরূপ মানা চেংলৌ মাঙুদা কম্না য়োইনা থৌথলএ! য়োইবু মরূপমানা শারেল য়েংলম থংএ। লাইক্রুয়া মরূপ ম না শমু ওইরম থলএ। য়োইবু লাইরূপ পূম্নমানা শমু তুংদা ফম্না য়োইনা থৌগলএ। খোইমোম লেংন তিনবা পূম্নমানা লৈমা অহুম্মাগা চেংলৌ মশক য়েংন হয়াউনৈএ। খোইমোম কনামনা পিনা সুংওল খোংএ। খোইমোম কনামনা যোইবুং খিনকামনৈএ। চৌংডু লাইরূপমানা য়াংলেন পুংথংতোয়এ। য়োইবু মরূপমানা শমু থুংথেক নৌনা চুকোই খোংলৈশা সুংচাই মরাং কায়এ। হয়াউ মথৈ লৈভনা পাউতোইনৈএ। কোয়ৌ-নোংজা খুদিংবু তয়া-অচ.-কাউ, চৈরৈ-অপেং-নিঙদ পূক্নিং

অতন নাইদনা খোইমোম লাইরৈবাক্তা, লাংহৈ কুমশিং য়াম্না অসুম য়াঙ্গোইববু খোইমোম লাইগী চাকচা লোম্লবগা মু ভাই মরাং কায়থবু খোইরকলে। অরা পোৎলুম কোককে তৌশু-ম্লকক্লে। তাইবং মমু পোওইবগী হকচাং মমিয়েম্না অচং-অওং, অফম অহাপ, অচা অথক খৈবিক্তা হকচাং মতুং ইল্লকংহুগুম্এ খোইমোম লাইরৈবাক্তম্লং থানদনা মথিল্লকএ। তাইবং মরোল অহুম্না অসিদা ইরোই লৈরোন পাংকুমএ। কাউরেল খোংকাপ থাংনা য়াবা পুচা লোন, চকমোম লাংচেংলক্তা চত্তনা, শজিক নারায় থিক্কববস্তুং মামেল লৈরোল পাং, কাউ-রেল মাগী শনকিফমদা মংন জল্লকএ। অদু মতম মানগুম্ববু খোইমোম লাইরৈবাক্তা চাকচা মতোল লাম্লবগা থরায় অমরক নিঙনা তেনা লাংওক্লকএ। থরায় অপকমানা তানফমগুমদবা, নির্বান ফম্বী অরোম্বা খোইমোম কতমা ফুরা লাইমরুগী সনা খুয়ারেল ফম্বী অথোচবা অদুবু তানফংদরিবদি অমা লৈথৈ তানা হয়া হয়া মপোককৈএ। লৈম চেংলো শকুকোয় হেনবী অহুম্নাদি খোইমোম লাইরৈবাক্তী কুমথরকলে। পুক্লিং মতুং ইয়া উমং মতামা তানবদা চত্তখিরে। নশাবী লৈমা অহনবীদি তলা ওই-নখদা হৌরিবা লৈবাউ মকা চাম্বা শুবগী শিংলেন লৈয়োম্নুংদা চত্তনা মপোক লাংওল্লরে। পলেম ইথু শিনয়ে মনুংশুম শিংলেন লৈকা য়াম্বনা পূম্না য়োম্বিত্তম্এ। চম্পা লৈয়োম্নুংগী নমু মীওই শুনা মাউনৌদরিবমথৈবু লৈহাউ মকা-কম শাংপিদে। শিংলেন লৈকা খৈবিক্লা মালং নোংশিং চত্তহন্দনা, নোংশা মতাল মৌহন্দা,

লাইঙ্গা লিক্লা চঙহন্দনা চেৎনা নাউপুইএ। লৈহাউ মনম ওই-নম্বনা খোল্লাং ইনৌ ওইনা শিংলেন লৈয়োম্নুংদা হুংঙাই মপুং ফানা য়াতাইএ। অওল ওল্লাং শাউবা, পুংথম তরক চনবনা চঙফদে। অসাংবৈগী খোইমোম লাইরৈবাকী সনা শঙ্গাক পুংঙ'ইবা অত্রুগী পান্দম অঙ্কা ওইনা হুংঙাই পাংথক মাঙ্গেএ। তাইবং নমু পোং ওইবনা য়াঙ্গোইকমগা চেংলৌ মিৎয়েং চামা-নিঙ্কু লাপ্পা লৈএ। তদা উমংলেনগী লৈহাউ উখোং অত্রুদা কাউরেল শঙ্গো চাম্মানা শঙ্এ। মানবী লূচিংবনা শঙ্গো মঙাই-য়োই কনাগুম্বনা অমত্তবু চোকহনদে। লোইদাম থাবুম তম্না গুদরিব থৈবু লৈহাউ উপাল কোয়না শঙএ। কাউরেল মরাম লোংনা, য়েথাক য়েক্রুচনবা, কনাবু, চঙহন্দে। লোইদাম থাশিং তম্নবগা, শিংঙলেন লৈকা ফম্না নাউনৌরে। লাইজা ঈশ্বীক লাইনা ইক্লশাংন্দংলবগা, লৈমা শমু মহকশাং চেংলৌ শকপা-স্থোংবু থবী লোইদাম থবী লোইদামগুম শকওং মঙাল নাইএ। পাংমেল উমংলেন অত্রুদা য়াঙ্গোইঙবা খোইমোম লাই থৈবিক্লা খোজাল তেংবাংজরি। কাউরেল শঙ্গো লুচিংবনাসুং লৈমা চেং-লৌ মশক য়েংনা পূক্লিং থোগনা হয়াউখিএ। মতম অহুবৈঙদা, শিল, সরারেনগী থৌদ্রু নুংপাক য়াইওইবা শিনৌ লশিং মোনগুম অথোৎপবু কল্লবগী চৌংঙ নোংখৌ সরারেমা খোইমোম ঐগী সনা নুংফাল য়াই ওইবা শিংনৌ লোইথাপ মানবা থৌহু নুং মচমগুম কল্লকপা। অসিবু মতৌ করিগীনো হায়না মায়কৈ মখোং শেন্দনা মিৎয়েং শানথৈরক্লে। উমং ওইনবদগী শিংদেম লৈহাউ

লৈমবু উরবগা সনা নুংকাল য়াইওইবসুং শিনৌ মোইথাপ.মায়া থোয় মহোশাবু হজিল্লে শিক্ষর সরারেনদি মালং চৈরোয়নবা কুমথরকলে। চম্পা লৈহাউ লৈমগা চেংলৌ শকউনরবগী নারা মতৌ য়েংনা মুংশিরে। থোইমোম ফৈরা তান্দা-থোং, থজাই লেংলোই-চৎপ শয়াং তোনগা নয়া থোইচাংয়রবগা চেংলৌ মিংকুপ মরমদা সন শক্তায শারে। লৈমা মোইনা থোগল পোৎপু মণীং শুনা তাউখত্তলবগা পারিজাৎ শিংলেন লৈনিংথৌগী মবুংতো শিক্ষর সরারেন অতুনা লৈমা ইন্দ্রানী চতথোনবীবু শত্তলেন মতান নাইবা সনা শঙ্গ'য়মু'দা ফমহল্লে। থোজাল পুংবু লেয়া লনকুবিরয়বগা হে কাউরেল তনবা নিংথৌ মানবী হাউশি তমচিংবও। নংনা শিংলেন লৈহাউ লৈমা নিতথিবী অসিবু থোরম করিগুম্ববু চত্তহন্দনা য়োইনা থোগললৌও। হায়না পাউমেল্লয়বগা থোইমোম লাইরৈবাক্তা হলহাইখিরে। লৈহাউ উমং ওইনম্মদা লৈবিবা থোইমোম লাই পুন্নামানা, লৈমা নিত-থিবী অতবু কোয়ৌ নোংজা থুদিঙ তয়া চাকপুম শায়না নাউ-য়োকএ। কাউরেল তনবা নিংথৌনা চিজাক হাউথোই থুমথোইবা থৈবিকপু লৈমা সনা মথোতথাদ। কৎনা য়োইনা থোগললে হায-দবরা? চৈরৈ ভগবান কৎপগী, থোইমোম লাইরৈবাক্তা য়াইফা মহয় চাবদি থোয় চাউথোইবা চেংলৌ মিংয়েং মরমপাকপু শিনৌ মোইথাপ থুত্তা শুনা কোয়ৌ নোংজা থুদিং থোয় নুং-মায়নবা তুগহনবা মরম মতম নোংশিং য়াথা য়াইকা মহয় চারএ। তনবা নিপা বুপ, মোমহু মুজা পুন্নমারক্তগী চৈরৈ ভগবান

কংকে নোংহাম্রিবশিংও। চপ্‌লেন নাম্না য়ুংনা নাতাউ'ও। খোইমোম লাইনিঙ ফিবু কংপগী মহৎ অংচোবদি অসিনে খোই-মোম লাইরৈবাক্‌কী শমু খুংনা চিংখংপগুন কোয়ৌ নোংলৈবাক্তা কানখিএ।

## অনিশুবা পন্দুপ

য়ারম অসি মতুংদা লৈমা চাংখোং য়াইমবাগী মপোক লাংওন য়াবু, শৈখিয়কে লৈমা পূক্লিং মতুং ইন্না মিয়াংলে। চামেলৈগী শিংলেন লৈয়োম্মুংদা চঙনা মপোক লাংওনলুরে। মতম অহুমৈদা মালেম লৈখোত্ত নীক্লা তেংনা য়ুহারাইএ। খোই-মোম লাই খৈবিক্লা চামেলৈ লৈয়োম্মুংদা মালং চৈয়োয়নবা মক্ল ইহুল্লবরবু উরবগী য়াইক মনিাাইনা হরাউরে লৈমা উনবী পূক্লিং চাক্লা শিংলেন লৈয়োম্মুংদা য়াতারে। অচিক অশাউ পুম্নমানা তানফংদে। শিংলেন লৈগী মনম্না খোল্লাং ইনৌ ওইনা লৈমা মপূক থল্লে। শিংলেন লৈগী উমংমুংদা লৈরিবা খোইমু লৈপাক্‌পা পোমবী উচেক পুম্নমানা হয়াউরৈএ। শিংলেন লৈখোংখাদা খোইমোম লেংম' তিনবনা শওএ। লোই-দাম থাশিং শুরবগী শিংলেন লৈকা কম্না নাউনোরবদা লৈমা চেংলো শককোয় হেনবী অহুনা নাবা খোজেল খোক্লা নীকপখিএ।

মীকপ খোঞ্জেল তানা য়াউরো শানিংথো নোংশা থাংনোবনা লৈমা নাক্রা চঙনা পাউমেনখিএ। শিংলেন লৈগী উমং অসিদা লাংহৈ কুমশিং য়ংম্না য়াঙ্গোংববু মতৌ অসিগুম্বু উরক্তে। অঙাং খোইনা চংলো শক্কোয় হেন্নএ হ যনা হয়াউরে। প মেল উমংলেনগী চিঞ্জাক হাউখোইবিবা খৈবিকপু থিক্রবগা য়ারেল খোংচিভোন্দা শায়না চল্লে। খোইমোম্ লাইগী মচানিগীনা য়াঙনা অচাউ লেপফারে। চীংঙ্ নোংথো সৱারেনগী নুংলেন য়াইওইব শিনৌ মোইথাপ মানবদো কল্লকপে। যুগ মতম অমদ নুংলেন য়াইওইবা অসিন কয়া হৌনদে হায়না মিংয়েং শানথৈথরংএ। শিংলেন লৈগী উমংদা শারেল নেংশ নিংথোগা লৈমা নিঙথিবীগ অনিমাবু উরবগী মালং চৈরে য়ননা কুমথরক্লবগা লৈমা মতৌ য়েংনা পাউমেনখিএ। শিংলেন লৈকাম্নুংগী করম পোক্লকপনে। হায়ন নাউয়া কৈরা ভান্দা থোংনা পম থজাই লেংলোই চূপ শিংনৌ কুয়াং নম্বা য়োয়নখিএ। খোইমোম সনা উনকোয়ম্নুংদা লৈমা নিঙথিবী অসিবু শিংলেন লৈগী উমং অসিদা মালেম লয়দা ভাবা খোইমোম লাইশঙ্ অথালবদা লৈহনগে হায়ন নিঙখল্লে। চেংলৌ মিকুংপ ময়মদা হেরা, মনি, মনিক, তঙ্কা য়াইরেল মশীংগুনা থংম্নববু খোকহল্লে লৈমা নিঙথিবী অত্তবু খোইমোম লাইশঙ্নুংদা ফম্বহল্লবগা হে সিংহ রাজা য়াউরো শানিংথো নোংশা লুচিংব-ও। চিঞ্জাক হাউখোই থুমখোইবিবা খৈবিকপু কংনা নাউয়োক-ও। হায়না পাউমেল্লবগা খোইমোম য়াগী লাইরৈবাক্ত হলবাইখিরে। শারেল নোংশা

নিংথৌনা .ক'রৌ নোংজা থুদিং চিঙ্গাক হাউখোই থুমখোইববু খিরুবদি খোঙ্গখোম লাইনা লন কুবগী চিঙ্গাক নমু মীনা থমঙ্ঘগুম য়াম্না মরৈঙ্ঘ? য়ঙনা য়াঙনা হলবাইরকএ। হে খোইখোম লাইগী মচা-ও। নৈমা নচিঙ্গাক থসিত্র লৌজখিরা-ও। হায়না কংলবগা লাইশঙ লময়দা ভানা মরৌরৈএ হায়দবরা!

## অহুমশুবা পন্দুপ

রায়ম অসিগী মতুংদা নৈমা মপানৌ অতোনবীসুং উমং নৈয়াম্লক্লা পাংলেন য়াওইব লাইজা অরুবা থম্বাল নৈরম মঙা হৌবা অমা নৈএ। শিংলেন নৈয়াম পোকপা অতুদা নৈমা পূক্লিং মতুংইননা চঙ্খিবে নৈরাং থোইনা চাউবগী থম্বাল নৈয়োম্নুংদা চঙনা, নৈমা মক্ক হুল্লুরে। শিংলেন নৈরম মঙামানা নমু পোংবা শেম্বগুম য়োকপিঙমএ। থম্বাল নৈচু য়াম্বারক্লা হংস চেকনিংথৌনা য়াকানৈএ। খোইমু নৈপাম্বান থম্বালনৈকা থুদিং শিংলেন নৈরীক চপ্পা ঙাউনৈএ। পাংপাল চাংথৌ কোয়না নৈরাং মরী নাইবা থৈবীক্লা পামেল থাংরাই য়েংজা শিংলেন মপান কায়এ। মপোক লাংওন চাউবী খোইমোম লাইগী মচা অহুনা থম্বাল নৈয়োম্নুংদা য় ভাবনু শিংলেন মমম লুংশিবনা খোম্লাং ইনৌহমগুম নৈমা মপূক থলএ। থুমিং

শিংবুমগু লোইদাম থাশিং শুনা সনা য়োইথবালনা মাউপুবগু অঙাং মপুম ফারক্লবদা। শিরুর সয়ারেনগী সনা নুঙফাল অথোৎপা শিনৌ মোইথাপ মানবগু থৌত্র নুংগচনগুং কল্লক্লবগী অয়াং নোংনিংথৌ মিৎয়েং তাজুংঙনা মায়কৈ শানবা থুংনা য়েংথরকএ। লৈমা চেংলৌ শকথোয় হেনবীনা সনা থম্বাল লৈয়োম্নুংগী নাউ-নোগে তৌবগু উরবগী খোংমোম লইরৈবাক্তগী য়াঙনা বাই-থুংলরে। থম্বাল লৈকা ফয়া নাউনৌবগু খোইমোম পাথং য়োংরেনবগী শমু মথুং অনিমান। ওকপিরে। লৈমা হকচাং নিঙথিবীবু উরবগা খোইমোম পুক্লিং হয়াউথোইনা য়াই-রেল মশাং মঙাখানা থাম্বা, লাইশঙ য়াইওইবগু কোয়ৌ নোং-মদোম্দগী তারকহলএ সনা ফিরায় লমডানবা য়াকু মশাং শুনা থাবীরে। খোংমোম লাইশঙ পুংদা য়াতাহল্লবগা চীংগু থিংলৌ নিঙনা তেনা হলয়াইখিরে। কোয়ৌ মুমিদা বু ফংলবগা লৈমা চিপ্পাক মশাংশুনা ইনাবিরগলৈএ। কোয়ৌ নোংজঃ থুদিঙ অসুম নাউয়োক্লবগী লোইদাম নিনমাং থাশুম খোঙফাপ নাউরৈ থাংনা অচাউ লেপফারকলে। শিরুর সয়ারেননা থাম্বী মৈয়াংইরৌ-রুচিংনা হিরা, মনি, মানিক থাম্বু ফিরোয় মশাংশুনা কুবিয়মলৈএ সনা মথোঙশি, কোনলোই মথুংশি, থুংতোপ তঙ্কা থিনবা কিয়াং শীকফাং য়াইওবগা পোৎলোই মশাংশুনা শেৎপিরম-লৈএ। পামেল উমং মুংঙাইবদো য়োইমরাই তাউদবনগী মুমিং মঙাল অরংবগু হেন্না ঙালহৌরে হায়দবরা? তাইবং নোংশাপালগী কোয়ৌ অচুবাং বাংবল অশাংবাংবা থাবা উমা ঈঙব, ওয়াং,

অমাত্ত থৈবিকপু থম্বাল লৈনম ঙুংশিবনা চঙকদে। খোইমোম ষিংয়েং অঙ্গুববু ওক্তনা য়েংবিএ। তাইবং নোংশাপাল অনিগা লৈমা লাংঙন চাউবীপা চেংলৌ ষিংয়েং গর্বিকুত্তয়া লাপ্পা লৈঞ্জ। লৈমা ভৌঞ মইহৈমনগী ঙুংঙাই মথোই ভোংববু অসুম তান-ফংজৈএ হ য়দববা? লহন নোংগী লায়ব অতোন তাবা নমু মীচুববু ওইনা লাংঙলবা অরোং খোইখোইবা অত্তসুং খোইমোম লাইরৈবাক্কা চাকচা মত্তোল লোয়ববগী বারানসী সনা লৈবাক ঙুংঙাইবদা থাইথুংলরে। নির্বান ফমী অথোইববু তানফং-দরিৈতদি মপোক হয়া হয়া অসুম লাংঙলএ। মথৌ পান্নম অর্মদি পাসেল উ-ব্র। পূম্মবু মালং নোংশিং কল্লবগা পাসেল হন্দোক হজিল লেঙলুবনা তলা মপাল শাবা, মনা মহয় পূম্মবু কোয়ৌ অহিং নোংথিল নাইদনা কেলদে। পাসেল উনা কোম্লোই হায়না লৌকনঙমদে। থরায় নিংশা পানবা থৈবিকসুং মতম অসিঙহনে। লাংঙন মপোক অমরক্তি নমু পোং নিংথৌবু ওইএ। মপোক লমওন অমরক্তি লাইবা অতোন তাববু ওইকইএ। খোইমোম অরোং খোইখোবসুং বারানসী লৈবাক ঙুংঙাইবা অত্তগী লুপ্র্া পাহাংনোং চেং ওইনা চেংলৌ ষিংফম তাঙবী, অমগী মপায়বু ওইনা পোক্লরে। পন্থো লাক্লোল তাম্বা লমজা কনা য়োক্কবগী মরান অত্তোনতা, তরা অচা-বাং, চৈরৈ অয়িন তান্নবগী মদোম কোয়ৌ নোংজা খুদিং, য়েনলাং থৌচংএ। শাংজা থায়কোয়ুজৈএ। পলেম মমা চেংলৌ ষিংফম তাঙবী ষিংয়েং উয়োন থোরবীবু নাউয়োম্নবা শীঙবা পোংলেনচম্মা লৈবাক

মীখোঙজিল খুদিংদা শীঙপোৎ মমল লৌনা য়োঁইরেএ। মরান লোনরিম য়াইদা কোয়ৌ নোংমন্তবু লৈজঙমদে। অদুগা মানা রাজরকপবু পুকমু লৈতম ফেন য়াংকোক থপচোই লৌনা চঙ্কু ভিল্লাংশৌ ইরাল খোয়দৌ-ওৎ অদুগা চাকলুক হ.ম। পলেম মমা মচা ভংমনৈএ। অদুগা চা নি থঙদ:নাংদি পলেম খোইযোম লাই-ভইবী ও। কোয়ৌ অসি মুমিৎ মাদি নপায়ী ঐনা শীঙবী পোৎলেন য়োনঙবদা অদুগা চানি থঙদরবগী চয়া চিঞ্জাক বাৎলে। পলেম উনবী চাপুক লাম্নবঙ্গুং লঙজ অয়োন ঙাকপিক-ও। হয়েং শয়া তৈমা ওল্লবগা য়াঙনা শীংচা রাইকোইক্লগে হায়না হয়া হয়া পাউমেনখেত্রে। মপায়ীগী কোলোয় মপাউমেনবু ভানা পায়ী ইবুংঙো পঙ্গো লাঙ্গোন ভ স্ব-ও। পলেম ইমা ইচাগী চীংঙু লাইবক থীবনা লাইর অভোনভা থমথু য়াইচেং নীকপনা খোক্ল-বনে। অদুগা নঙমা চাথ'দা উনবী খুংনা নয়া নোংখোইবা অসিবু পলেম নমা ঐনা ঙ্গুংশি মনিঙ কববু লৈভরে হায়না পিরেম থকমাদনা অসুম অসুম পাউমেমরিঙৈদা কৌবা চীংঙ্গুং শোয়র-ক্লবগী লাইজা ঊবিক্লাইনা চে'লৌ মমায় ভারবগা মায়কৈ নোং-পোক পাংনা খোইযোম লাইমক্লবু পুক্লমজরবদা অদুগা চাথংদনা থাংগৌ থুক্ত-শু পোৎপু লেংদ খোংনা শীংচা রাইকোই চৎখিরে। পলেম মমা পোকমাবীবু চেংলৌ হয়া য়েংনা হে পলেম ইমা ইবেমা! য়ামচেং ভুটৈয় হাইনা চীংঙু লাইবক থীবী-ও। অদুগা চাপুক লামরিঙম মুংঙাই মরাং কায়না লৈঙংও হায়না পাউমেল্লবগা পামেল উয়ক চঙ্গনা শীংজা পোৎলেন ভামিতৈ পলেম

মমা পোকমাবীনা পারী ইবুংঙো চীংঙ্ লাইবক থীবা পন্থো মপানা লাক্লোন্দব-ও। খোয়মা নায়োম্নক, পামেল উমুংমুংদা ভৱা চাবুক লাম উনবী থুংনা নম্না শীঙবী করম পোংলেন ভান্নিগবনো। হায়না কোয়ৌ খোয়না-য়েং বাংবল পাংনা য়েংনা মপায়ীনা হলবাইয়ক্তরিবমখৈবু মুংশি খোমবু ওংনা মিকপঙমএ। মপারী মুংচামবম্নং কোয়ৌ মুখিং চুপ্পবগী শীংবী লেংখোংননা ময়ান য়াইথুংলয়ে। মপায়ীগী য়ায়া মখোঙ্গেনবু ভারগী মুংশি মখৈ লৈতনা পারী ইবু'ঙো লাইবক থীব-ও। পলেম নমা ঐনা চেংলৌ ইমিং ভাঙলববু ভইয়িগীদি থাংঙা লৈকায় লাম্না ভৱা চানিরুয়বগী পারী মঙবু মতম অবাবা ভৱা চাপুক লাম্নবা অসিদা চপ্পু তিম্নাং-শৌ, ইবান খোয়দৌওংনা, ছাইখমঙমখৈনে। চেংলৌ ঐবু করিগী মিংথোঙ মম্নবনো? বারানসী লৈবাক মুংঙাইবা অসিদা চীংঙ্ লাইবক থীবী ঐঙ্গীবু অনিশুনা লৈরিয়োইএ। পারী ইবুংঙো। ভয়ম থীনাই মানা য়াক্লোইয়রিবা-ও! পন্থো মপানা লাক্লোন্দ-বগী পাখৌ মমামবরক্তা লেংভিনঙমদা চৈরৈ অশেং-কো মানলৌ অয়িনভাম, হকচাং মচু ভাউ, শুচু নশক-ওন চেংলৌ নশক মাঙনা, য়াক্লোইবা অসিবু পলেম নমা ঐদি মুংশি মনিঙ কম্বু লৈতরে হায়না মীকপএ। মপারী মুংচানবানা শীঙপোং মানা পুরুবনো থাংঙা লৈকায় লাম্না ভৱা চামায়োনবু মখেল য়েন্নম য়াউবা লৈরুয়বগী পলেম মমা মচানা খোইখোম লাইদা কংনা ভৱা থুংপুম পিমরৈএ। অসুম হয়া হয়া পলেম মমা মচাবু অবা ইশৌ লাংনা য়াক্লোইরৈএ। ভৱা চানি থড়মলোংদি উঁনবী

সনা ময়াখংবু লুদাংখাংনা পাউখোল ওনচা চৎএ। মালেম লৈবাক কোইবা পুম্নমাক্না নন্দকুমার চেংলৌ-মশক খঙলকলে। পুক্নিং অনোনবা, মতৌ অরুকপা য়োম্লন। মখোখল শিঙখিববু উরবগী অপাম পুক্নিং চঙএ। ব্রহ্মাণ্ডাৎ নিংখোয়েলনম্নং খোগল মতৌ য়েংনা য়োম্লনা খৌজাল খোইরকলে। অসুম য়োম্লনা খোগনববু লাংহৈ কুমশিং অনি শুগে তৌরক্লবগী তনবা মখোক্লকলে। পাখং মকারক্লবদা মপোক লাংওন থুদিঙ লাইমিং শাজেল চৎপা পুক্নিং লনওনমনগী নোংদম শিঙশুরকপনা কোয়ৌ দুমিংমাদা খোমলেন মাগী মংলানচান্দা কাউরে। সমুদ্র লাইজা ঈরেন-পুং অচৌববু লৈরাম চাংজৌ অনিমাদা শমু মখোঙ অমিমানা চাংলৌ বাংবা লেপএ। লাইজা ইরেনপুং অচৌবা অহুবু পুক্নিং শোৎকি-চঙদ ইমু তাংশক্তনা নিঙলমএ। শমু মখোঙ অনিমাগী মরক্তা নমু মীহকচাং অমনবা অমত্তু লাইজা ইরোম্লনা তাউ-থরকএ। অমন থমদৈ কুম্নবা নমু মীহকচাং অহুবু পুক্নিং খোথাক লাইদনা থাংচি ভোংদম লেন, খোম্নশাং লিমশাং-শেং হকচাং মচেৎ মাবু থাক্তনা', চারমলুইএ। কোয়ৌ নোংখৌ মখোঙ কোম্নবা মিংয়েং শানখৈববু চীংলেন পলংলা করম্বনা চেংলৌ মিংমাঙ থম্মে। মায়কৈ মখোঙ শেন্দ, কোয়ৌ নোংখৌ মখোঙ কাউনা উইএ। অসুম খোমলেন মতকাউনরম্লবগা খোমলেন মিকপ খোক্লয়ে। ইম্নুং কোবা চীংনুং শোম্নরবগা খোমলেম মিকপ খোক্লবে। ইমুং কোবা চীংনুং শোম্নরবগা খোমলেন মাগী মঙওহোক অহুবু মতৌ করবনো "হায়রনা পুক্নিং অরাচঙ লাইজা পাশাজনা,

শান্দোংলবগা মায়কৈ নোংপোক পাংনা থোইমোম লাইবু থৃকমএ। নিংথৌ সনা মংখাঙখাদা য়োয়না থোপল্লুগে হায়বগী পলেম মমা পোকমাবীবু হে পলেম ইবেম্মা! থোইমোম ঐগী লাইওন-বীও। নিংথৌ সনা মথোংথাদা ইয়ান থোগল কাখিন্নগে বাহয়বদা পলেম পোকমাবীনা পান্নী ইথুংঙো লায়রা অভোন তাবও। চৌংঙু লাইবক ফবা য়ান্না লনয়াম লোইবশিংগী থোগল মরমচৎপু তম্‌ঙুনো! পলেম কোলোয় ইপাউতাক অসিবু থোকাউদনা পুক্লিং চেৎ ও। হায়না বাহম্নবগা মরান থোকাখিন্নে। য়াংলৌ লমখাংমাদা লোয়না মপাতাউ, মরূপ থোচানবা পাউহংঙমএ।

হে পাথৌ কুমার চেংলৌ শকোয় হেনব ও। অসি কোয়ৌ সুমিৎমাদি কুচু নশক ওয়া নমায় কুমচিং থাংএ। পুক্লিং অরাব চঙবগী চেংলৌ শকথোং ওইএ। মতো করিগীনো হায়না পাউ-হংববু হোয়দা পাথৌও। অসি ঐগী খোমলেন মঙলানচানবু ওহোকএ হায়না খোমলেন মানা মঙলম্‌বা খৈবিকপু শুনা বা-য়ীরবদা শেনলোই মপাতাউ লমলোই থোজামবা অচুনা হে পাথৌ-ও। নঙগী খোমলেন মঙলানচান অসিগী মহয় অফ-ফত থঙগে ভোয়বদি ব্রহ্মচাং নিংথৌরেনগী পুরোহিত মনাউয়োক, গুরু লাইওইনবনা থঙঙমগৈঙনে। ভুংগী মাঙগী বারম অয়াম্বগু ব্রাহ্মণী মামা থঙএ। পাথৌ ইবিঙঙা পাউহংলুসে হায়না ভাইরোইথিন্নে। গুরু লাইওইনবনা ব্রাহ্মণ লৌশিংবদি নিংথৌ সনা মথোঙ থাদা কাথিঙমলে। বাগোম লাইওইনবা অচুগী তালোয় মরুবী ব্রাহ্মণী য়িমথৈ ওথীনা পাউহংঙমএ। শেনলোই নপাতাউ মরূপ

খৌজাম্না নখিংঙাম ব্রাহ্মণী ঐগী ইথংলেন লাইওইনববু লৈতরিবুঙে অদিদা লাকপদি য়ায়ম কবি থৌলানো। হায়রা। পাউহংঙম্ববু নন্দ কুমার লৌশিংবনা খোমলেন মাগী মঙলানচানবু গুনা। পাউদম্নবগী খোমলেন মঙগী মঙলানচান। অসিদি অফ মথোই লোংবা রুক্ত নৈথৈ তাবা মহয় অনিমাবু থোকএ। কোরো কুমিং তরেংনি শুয়বগী তর চাঅন চোইনা পায়বা মপুক চংলউগনে হায়বা খোমলেন মঙখনগুমএ। ব্রাহ্মণ মতোম মরুপীদা খোমলেন মঙথল নৈতনা অহৈ শাইএ। য়'য়ন থঙকাওনা লমথ শাইএ। হে নমু পোংওইবশিং-ও। খোমলেন পঙনা মর্তলোইবু নৈতে।

শেনলোই মপাতান্ত অনিমাদি গুরু সনা মংখোঙথাবু ইন্দা-লখিবদা য়াংলো লংখাওগাদা লমওক্নরে। হে সেবক কুপাম্নশিংও য়ায়ম কপ্তি নৈবগী লাকপনো। হায়রা পাওখংববু হোয়রা হে শুরু অথোইবও। মদাউরেম ঐগী খোমলেন মঙলামচান্না মুগজ্র লাইজ ইরেনপুং অচৌবগী নৈবায় চাংজোৎখঙা শমু ইথেং পাংমা পাংমা লেপএ পায়মা খিংশা থয়ব। সমু মরীকচাং অমবু লাইজা ইরোয়মনা তাউথয়কএ। পুক্কিং খোথাক নাইদনা তনা চামথলুইএ। মাইকৈ মথোঙ লেজনা খিংহেৎ শানখৈরুং চীংলেন পলংনা কারমনা চেংজো খিংশাঙ থদে। কোক্তৌ নখোঙ ফাউনা উইএ। অদুম খোমলেন মঙলাউ তক্ত্ব ব্রাহ্মণ লাইওইনবগী থম্মেম লাইখিং অবাবনা খোমেন মঙলান চানগী মহয় অচৌববু য়ায়ম ফাউনা উকনবী থোইমোম লাইখিং শোললে।

নিংথৌরেননা ইদাইরেমও! লহান মাঙগী রারম মতৌ থৈবিক্তা গুরু কোলোয় মপাউমেনবু শোয়রক্তে। যোম্দনা সনা ইফম-লেনবু মুল্লঙৈনে হায়না নিঙথম্লবগী বারানসী লৈবাক নিপাল মাবু য়াঙনা কৌথংলে। কোলোয় মপঙ্গায়দা কৌশিনথিরবগা ইদাইরেম মালেম লৈবাক কোইবা নিপালমাও! নন্দকুমার লায়র অতোন ভাবগী খোমলেন মঙলানচানবু ব্রাহ্মণ ইনাউ-য়োক্তা খোমলেন মঙলিরুববু লোইদাম থাবুম অহুম গুরবগা নিংথৌ সনা পল্লুওইঙৈনে। বারানসী থুত্ত থুম সনা সি হাসন্দা ফম্লিঙৈনে। অসুম খোমলেন মঙথনঙমএ হায়না পাউদমলেএ। বারানসী লৈবাক কোইবা নঙখোয় নিঙথল ও। হায়না পাউ-থেল্লবদা লৈবাক রাপী হায়বা নিপালমানা বারানসী লৈমাবা ইবুংঙো ভাউও! সুগ্রা পাহাং নোংচেং ওইবী চেংলৌ মিংফম ভাঙবী মপায়ী লায়র অতোন ভাবা মাঙ্গুবনা করম নিংথৌ সনা পল্লু ওইগবনো? লাজোই শরীথোক থাঙলেন মথুম হাংনা নাং মনহল্লসে হায়না অস্থম পাউমেল্লবদা ব্রহ্মভাং নিংথৌরেম্মা লঙজ মাগী অয়োন লৈভনা থবায় মীপুমমাবু করম নোংমলহনসিবনো? ভৌইঙুম খোইমোম লাইগী নোংদম ওইনা মদোম্র মোংমলনুগুনে। মায়কৈ লমদম অথাম্না পুকবা থারেনা কৌবা পাংলেন য়াইওইবদা পানবা সনা য়োই থম্বাল, থম্বাল লৈকা চামা গুববু থিথঙলু-ও হায়না থৌশীথোক্লসে। খোইমোম লাইহিংচাবনা লমদম অভাবদা হকচাং পুম্বা মাঙদুগুনো হায়না পাউমেল্লবদা মদাইরেম থোঙ-লোয় অয়াঙবনা নন্দকুমার লায়র অতোন ভাববু য়াঙনা

পাউ়কৌখৎলুরে। বারানসী লৈমাবা হে নন্দকুমার লায়রর অতোম ভাবাও! পুরূপা খারেনা পাংলেন য়াইওইবদা পীনবা থবাল লৈকা চামা শুববু পামেল উরকচঙবা থিথঙলুও। সনা য়োই থবাল অহুবু কোরৌ মুমিৎ ভরেংনিদ· শিঙলেন খুত্তা শূনা হলবাই-রক্তিবদি থাঙলেন মথুম হাংবা নোংমলহনগে হায়না পাউযেন-ববু নাত্তারবদা মানবী খুদপ্পনা পুরুম্নবগা মরান লোনম্নিময়াইদা হলবাইরকলে। নিংথৌ সনা ময় থং অরুববু পলেম মমা পোক-মাবীদা পাউদম্নরে।

হে পলেম ইমা ইবেম্মা ও। ব'রানসী লৈমাবানা পুরূপা খারেমা কোবা মায়কৈ লমদম থঙদবদা থবাল লৈকা চামা শুববু থিরুও হায়রকএ। কোরৌ মুমিৎ ভরেংনিদা শিংলেম অদুবু থিথঙলক্তবদি লাঙোই শরী থোক্লা নোংমহলগে হায়না পাউযেন্নকলে। হে পলেম পোকমাবী ও। বারম ওক্তবা অসিবু নিংথৌ সনা ময়াথংনে থৌরম অওকপা শাদা চৎলুইঙলে, রাকন-করোইএ। পলেম চৌংথু লাইবকথিবী নঙবু করম থাইনরম-শিবনো? মপাম্বী ঐবু লৈতরবদি নমু কনাগুবা অমনা তবা চাকা নিনা লাঙোনবিগবনো। শাবী শানৌ শাত্তা নমোম মুংচানবীনম্মং ফুইদে শীওবী থরোন খুম্না খাম্বী কনানা মৈহো-থিগবনো? পলেম চৌংথু লাইবকথিবী নঙনা তয়া চাপুক লাম উনবী খুংনা-নম পায়রী থোবদ লৈঙনা নোংমনগে তোববু উনবী নিঙশিংলুবদা মুংশি খাম্বী মৈচাক থোইমক্লে· মপাবী মুংচানবা ঐবুমুং পাবেল উথোক খা থোয়মা নারোমক্তা, মায়কৈ লমদম

অতাঙবনা পাউমেনখিএ। হে উজা গুরু শিলৈহৈব ও! নোংশা-
পানগীস্থুং খোইমোম লাইরৈবাক্লাস্থুং থুংগু থুংলাই মিগথি
হুংঙাই পুন্নমাবু নঙনা শানশেমলিবনে। হৌজিক মতম অসিদা
অয়োং থোইখোইবগী লাংগন মপোক ফাউরবা নন্দকুমার অসিবু
অদা ইশো লাংফয়োই। থবাল নৈক্কা চাম; গুববু থিগে লাকপা
অসিদো য়াংলৌ লমশেম্বীরু-ও। লমলেন অকুংপা, য়াংলৌ
অতোঙবু নাইহনগুনো। লমদাং অংতম অহুগী য়াংলৌ লম্বাল
থুদিংদা হয়রাং অরাংবু নেস্না পালহল ও! থাং পম্বশি খোং-
ময়স্থু হেনহনগুনো। চিঙাক হাউখোই থুমখোংবা থৈবিকপুং
য়াংফয়োই। পোনবী তেনোই লোশিংবা চোংঙা লোম্বোকপ-
নচিংনা পোনবী খোয়ুংশি, চেক্লা খোয়ুংঙাই পুন্নমাবু য়াংলৌ
লমদাংশাংগী পাযেল উত্তোল থুদিংদা খোজেল মুংলৌখোক্লা খোং-
থৈহল-ও। পলেম মমা পোকমাবীবু মুংশি থাইনরবগী অদা পোৎত
লূম পূববু থৌকাউহল-ও! লাইজা শান্নেংফমগী হিদেন খোঙরাই
থুদিংদা ওজা লিনগী হিদাক অঙাংবু কোয়না চাইবিরুয়ো হায়না
পাউযেন্নবগা উজা গুরু শিলৈহৈব'দ চৌংঙু সনা মখোঙ থাগী
য়াঙনা চংথিরে। চেংলৌ মিংকুপ ময়মদা মানং চৈয়োম্ননা
য়াংলৌ লমশেমলে। লমলেন তাংথাৎ নাইহন্দে। তাউজিং
থুমখোইবা শিংলেন চুনবা লৈরাং ওইনম্ব থৈবিকপু থাক্তনা
কৈরৈ কিখোংকময়মদা য়াংলৌ লম্বাল থম্না ওঙহল্লে। পোনবী
খোয়ুংশি থৈবিকস্থু চেক্লা মশীং গুনা খোংথৈহললে। ওক্রেন
লাইরেল, শাতুক, শাঙাঙ. কাইবী ওক, শওম, পানবা কৈচেংপাঙ্

খোইযোম লাহিংচা অসি থৈবিক্তি লাপ্লা। তাম্হোকলে হায়দবরা ? খোইযোম সনা ময়াথংবু থাক্তনা খোরগ মতোল লোয়বগা থিংলো নিঙনা ভেনা শিক্ষর সরারেনগী সনা মখোংথাদা য়াংলৌ লমশেম-থাক্ত তমলুরে। অয়োং কুমর লাইপেক শঙশঙবগী মরান লোনয়িনয়াইদা পলেম মমা পোকমাবীনা মপারীবু চেংলৌ শকউ তায়বগী সুংশি মনিঙকমবু লৈতনা পারী হৈবুংগো চৌংঙু-লাহবকথীবও। নঙবু পাদেল উয়ামলক্তা ভরা চাথংদনা করম কোয়ৌ নোংলেনলিবনো ? মুমিৎ শিংঙন য়ামশিল্লকএ। উনবী চয়াম্নমা চৎখিবইগে। পলেম নমা ঐবু মু ঙন নিঙশিঙলুবনম্বু খোংকাপ নৌরে থাংঙমলিরোইএ! হাউনা খুরোয়াম, উরী ঙঘল-ভোয়, নুংবী য়াশৌ নেৎ, ভিংথং খোঙয়ু হরা খোয়মা নায়োম্লকা য়াংলৌ লমদাং থঙদনা নোংমলবরা ? পালেম নমা ঐস্মুং ভরা অচা বস্বু লৈভরবগী ম'লেম লৈবাকচানা নোংলেনববু পারী নঙবু চেংলৌ শকউদবনা উনবী চফম য়োদনা খিক্লেন-থাদা পলএ। শমু ইহকশাংবু থাম্বী মৈতাল অরাবনা চাক-চিম্লকপঙ্গুম মুংশি মৈচাক খোইরে হায়না মদোম মীপকখিএ। মুংশি মথৈ লৈতনা খোইযোম লাই থৈবিক্তি উনবী চৈরেপ লৈতনা থুক্কমথৈজেএ। হে খোইযোম লাইরিংথৌ, শিংলেন-লৈরাং কুরাউ অঙোবগী পামেল উখোংথাদা ফম্লিব-ও ! ইপারী, পামেল উরক চঙনা শিংলেন লৈথিথিববু অনা হেশোন লৈহন্দ, য়াইবী থরায় মাঙহন্দনা বারানসী লৈবাক হুংতাইবা অসিদা য়াঙনা হনবাইরকপবু লনকুবিও হায়না পুনেমজৈএ।

অসাইতৈঙেগী নন্দকুমার খোইখোইবদি হেরা য়াইগী থাঙবু নাক্তা য়েপ্না মদোম য়াংলৌ লমদাং শিংখিরে। চম্পালৈ সু ওন্নচিংনা লৈবাং মরেং ওংঙম্বা খৈবিক্তা, শমু খুৎনা হেক্লা চিললে। নমু মীনা লামঙম্বগুম মরৈঙমএ। শিংলেন রানা হেকলুদে তাউজিং থুমখোইবা হৈবাং হাউখোইবা খৈবিকসুং য়া লৌ লম্বাল থম্না, খাং ফিথেংফম মরমদা তাউজিং মরাং চম্না লৈঙমএ। হৈরাঙ ঙাঙন মুনঙম্বা খৈবিকপু পুক্লিং অরা চঙন হেকলুদে। নমু মীনা লামঙম্বগুম মচাম্নএ। পোনবী উচেক খৈবিক্লা খোঞ্জেল সুংনৌ খোক্লা খোংখৈঙমএ। অসূম সুংঙাই চেংলৌ মিংকোয় থন, নংকোং পুংমায় লেম, চিঞ্জাক মশীং-শুনা তানফংলবদসুং পলেম মমা পোকমাবীবু সুংশি থোকাউ-ঙমদা উনবী নিংশিং খোইনা মকপএ। পামেল উখোংখা খুদিংদা কোরৌ খোয়না য়েংনা হে পলেম ইমা ইবেম্মা! পারী লাঙ্গোন তাম্নবীও! তরা করিগুম্ববু চান কোরৌ নোংলেনলিগবনো? নপারী ঐগীদমকপু পামেগ উয় ম্নক, থরান নোংলৈ উবা শঙদা করম নেংথোইরিগবনো হায়না মীকপলিগবনো? হে খোইমোম লেংনা তিনবশিংও! চৌংঙু নথৌজালনা; ঐদি সুংঙাই মখোই-তোংববু তানফংলে। পলেম ইমা পোকমাবীবুদি চেংলৌ শকউদরে। মতৌ করম ওইশিনবনো হায়না চৌংঙু লেংনা তিনববু পুরুম্নবগা য়াংলৌ লমদাং শিংখিরে। লমতন য়ারেকফম খোইরোম লাইনা শাবা শঙদা চঙখিরে। অঙানবা খোকমৈ নেম্না কোরৌ সুমিদাংবু ফংলক্লবগী চেক্ল লমদা পাইবা পোনবী চাক্তাবা খৈবিক্লা, চেক্লা

হুমথিরক্লবদ পোনবী মপারী চাউদবা, মমোম শরা পোংশিন হৌদরীবীশিংবু লোক্লৌ শান্-কোন, পোনবী চিলওক্লনা চাকয়িমববু উরবগ পলেম মমা পোকমাবীবু অনৌ অনৌ মনিঙশিংলুবগী চেক্র। নখোয়দি পামেল উত্তোম্বক্তা নপারী নমোম উনরে চৌ'ঙ লাইবক থীবা ঐদি পলেম চেংলৌ শকউদরে হায়না মীকপএ। ইমুং খোমলেন তূমকন ঙমদে। কৌবা নোংগা শোয় শর। তৈমা ওন চিংখৈ লৈনা·হুন, মালং ভোংলেন ভপ্না·শিং, পামেল উনা পেঙনা খোমলেন মীকপ থোক্লক্লবগা পলেম উনবী লৈনিঙশিংনা মুংশি পোকাউঙগদে। পিরেম থকমাদা অঙান খেনগারক্লবগী খোম্লেন মাহোরবগা সনা তম্ফা অঙাং অশং অঙৌ পুমমাবু ত রিব' লমদা' মুংঙাইব: অত্রমদা চৎথিরে। কায়বী য়েক শওম, কাম্ব', কৈনিংখৌ, খোইমোম লাইহিংচা, কন গুম্ববু শোঙকিদন। পুক্লিং মরাং কায়না ইন্দানখিএ য়াংলৌ লমদাং কু'না চৎ'থরবদা শিংলেন লৈহাউ উম'লেন্দা চঙথিরে। শিক্কর সরাংরেম। শাবা খোইমোম লাইশঙ মুংঙাইববু চেংলৌ মিৎখিৎলে। চম্পা লৈহাউ উখোংখাগী শিংলেন লৈরুম-খাম্বা ভাংজা মরায় লোংনা লোয়া য়েংএ। হিংঙোতা কৌবা উমংলেন অসিদা খোইমোম লাইশঙ মুংঙাইবা চেংলৌ মিৎলু লংবা অসিবু কয়স্ননে। ওম্থোকএ। চৌ'ঙ্ লাইগী শঙলা? খোইমোম লাইহি চাবগীর? ড়ুনবী ওম থৈননা নিঙববু, খে ইমোম লাইগীমচা শিংলেন লৈহাউ লৈমনা চৈরে অপাইববু শেৎনা. খোইমোম লাইশঙমুংদ-ফম্ববু উক্লরে। খোইমোম লাইশঙ মঙানগা লৈমা

মঙাল অরাবগা অনিমানা পামেল উমংলক্কা তঙুপ তরেং চেংলৌ মিংপু লংএ! নন্দকুমার চেংলৌ শকহেনবনা হে লৈমা নিঙথিবীও! নঙবু খোইমোম লাই করম্বগী মচানে? লাইশঙ নঙগী মুংঙাইবা অসিমুং খোইমোম করম্বনা শানশেম্বনে:? লাই-শঙ মঙাল অরাববু চীংমুং নোংথাং কুপকুম, চেংলৌ মিংপু ঙকএ মালেম লয়রোদনা লাইশঙ অয়ানব অসিনা য়াংলৌ লম্বা লৈতে। লৈমা নচিঞ্জকমুং কনানা থিরিবনো? হায়না পাউহংববু হোয়দা, হে ইবুংঙো! পাথং লাংচেং নথোক্লকপ-ও! মানবী চামঙা মাগী কাউরেন তনব নিংথৌনা কোয়ৌ নোংজা থুদিং লৈমা ইচিঞ্জ কপু থিরুরবগা পম্মৌ ইপা শিম্ন নাউরোকএ! নমু মীওই চঙখোনবা নঙদ্রুম মায়কৈ কদায় থংবদগী লাকপনো। খোইমোম লাইহিংচা পামেল উমু মানবা অদুনা নমু পোংবু ওইনা পম্মৌ ইপা কাউরেল ভনবা নিংথৌবু লাকরিদৈ অসিদা লৈমা ঐবু চাগে হায়না লাকপনরিদৈঙনে। লৈমা পুক্লিং অকি-চঙ, য়াথং শোককাঙ নীক্লা মিংয়েং শানথৈববু লৈমা চেংলৌ মশক উরবগী হে লৈমা নিংথিবী-ও! ঐদি খোইমোম লাই হিংচাববুদি নত্তে। বারানসী লৈময়ায়দগী লাকএ। কোলোম্ন ইমিংখোংদি নন্দকুমার কৌএ! ব্রহ্মভাং ঙনিংথৌনা পুকাপা শারেনা কৌবা পাংলেন য়াইওইবদগী পদ্ম থম্বাল ওইনম্বা লৈকা চাম্বা শুববু থিরু-ও হায়না খোশীরকএ হে খোইমোম লাইগী মচা নিঙথিবী-ও পাংলেন অচৌবা পুক্লপা শারেনা কৌবা অদুবু উমং মতম তাকপি-ও! হায়না পাউহংববু নাতারবগা লৈমা চেংলৌ

শকোয় হেনবীনা মুংশি পুক্লিং চুরে। লহান লাংওন মপোক খুদিদা তৌজ মহয়মনগী তৌশিক্ল। নৈমা পায়বা উনকোয়মুংদা কোলোয় য়াথং ভানা ভাউজিং হৈচানিঙ পেন্দবহুগুমলে। লাংওন মপোক খুদিংদা দাপ ধর্ম্ম তৌমম্নরকপনরিঙৈনে! নৈমা শমু মহকশাংবু খোইরু নৈদা য়াইগুমলে! ক্লেশ মুংশি ময়াই লাংদা থুরে। নন্দকুমার লোশিংবগী পায়মা উনকোয়নুংদসু লাইজা মরাং হৌবদা, চাংজৌ লয়কাম্বগুমলে। মুংশি মতম অমম্ভুং মালং নোংশিং কনবনা পামেল উনা হুমথখিবত্রগুম্ববু শিংলেন নৈহাউ নৈমা নিঙথিবী অদুদা নংশি চুচি খোইনা হুমজিনখিরে। হে খোইমোম লাইগী মচা-ও। কোলোয় নয়াথংবু নোংদা পোহাল লীকমএ। বারম ঐনা হংজবা পুকপা খারেনা কোবা লাইজা ইয়োক-কোম অতুবু মকম করিগুম্বদা নৈবনো? থুনা পাউভাক-পিও হায়না পাউহংববু হোয়দা হে ইবুংঙো! ভনবা মীওই চঙখোনবা-ও। ভাইরখিও। পম্বৌ ইপা কাউরেন ভনবা নিংথৌবু মায়কৈ অরাং পাংবরমদা চাক্তাখিএ। মরান হলরাইরক্লবগা পাউহংসে। মানবী মঙাইয়োই চামঙা মাবু কাউরেন খোংচুম খোং মানবী লাউচুম লাউনা য়াইথুংলঙৈনে হায়না পাউথুমলবগা হে নৈমা অখোইবী-ও! হয়েন পম্বৌ নপা কাউরেন ভনবা নিংথৌনচিংনা মানবী পুম্না য়াইথুংরবগা ঐবু য়াইবী থরাই মাওনা নোংমহনগবরা থঙদে। লম্ক অভাম্বা অসিদা করম নোংমনশিবনো? নৈমা নত্তিক চঙখোনবী নঙগুম্বীবু নৈঙম্বা অসিদা ইদোম করম নোংমলহনগে হায়বনো? নৈমা নঙগী

খোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অতুদা চীংঙ, লাইবক থিবা ঐবু লৈহনবি-ও ! হায়না পাউমেজববু সুংশি মথৈ লৈতনা মাঙ্গারবগী লৈমা চেংলৌ শকোয় হেনবীনা হে খোইমোম লেংনা ভিনবশি'ও ! থংলেন ঐগী লাইওইনবা লা'চেং ইরুথেৎপু য়োন্দনা ওইও হায়রবদি ঐগী খোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অসিদা মালেম লৈদা তাহনবিও। হায়না পূনেমজববু চে'লৌ মিৎকুপমরমদা লাইশঙ লয়দা তারবগী লৈমা সনা উনকোয়সুংদা থংলেন ইবু অরোয়বা মহাকনে হায়না খোইমোম লাইশঙসুংগী চোংখোরক্লে। অরোং সনা মখোঙথাদা মালেম লয়দা পক্লা পুরমলে।

হে ইবুংঙো নপোক লাংওন থংলে। খোইমোম লাইশঙ-সুংদা চঙলসে হায়না কৌশিনথিরবগা খোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অদুসুং অতিংঙ কোয়ৌ নোংথাংমাদা হনগংখিরে। নন্দকুমার অখোইবনা লৈমা শম্লাং ভানগা নান ভাংজা মশম শেৎনা য়েংববু শিংলেন লৈহাউ নম্বগী লৈমা ঙকথি লুম্লাংকোন শমু লেংলোয়শিংনা হম্না হম্না শিনৌ কুয়াং নমএ। অপাম পূক্লিং পেন্দে। খোইগোম লাইগী মচা, চেংলৌ শককোয় হেনবা অদুনা খুজা ইকাই মহৌশা চেংলৌ মমায়লয় শাবন তয়াল হৈঙুম মোইকাই ঙাঙনা হেনথীবু চিনবাল মোমোম নোক্লা চৈরৈ ফিক্ক থুমএ। তনবা নিপা ওইবগী পূক্লিং মহৌশাবু পামেন কোনা মহী অথুম্বমু থকনিঙবত্নঙুমএ।- খোলোয় মপাউমেনবু কয়ম চূনবনো। নঙৌ নিঙথিবা অসিবু খোইনা ফুংওদে' হায়না থুম্নু লুমথিং চিয়োনন্চন, চেক্লা পেন্নাং লিম্নেন ভম্না শমচু

লৈরায়্নরে। নন্দকুমার লৌশিংবনা, শম্ ঐগী ওইঁরম থাগ্নীবী মুংশি অপেন মাইদবী হে লৈমা নিঙথিবী-ও। ঐবু পন্থো নপা ভনবা কাউরেল নিংথৌনা হকচাং শাথি-থোক্লা নোংমলহনগবরা খঙদে, হায়না পাউগেমরিবৈঙদা মালেম লয়থোঙ নীক্লা ভেংনৌ যুহারাএ হায়দবর ? কাউরেন শনথৌ চামজা মাস্নং মালং চৈ-রোয়্ননা রাইথুংলয়ে।

হে ইমোম নিঙথিবী-ও। চিঙ্জাক নঙগী হাউথোই থুম-থোইরিবা খৈবিকপু শুনা পূরক্লে। য়াঙনা চাখিরাউও! মঙৌ ওঙ্ঙোকএ। কোরৌ অসি মুমিং মাদি নমু মীহিং নমএ, হায়না পাউহংববু হোয়্নদা পন্থো শিন্না লাঙ্জোনবা-ও! ব্রহ্মতাং নিংথৌ মরৈবাকী পদ্ম মনা থখাপ থিববু লাকএ। বারানসী নিংথৌরেনগী ভয়ম শেনবা নন্দকুমার কৌববু ঐগী খোইমোম লাইশঙমুংদা রাই-থুংলয়ে হায়না পাউথুখবু কাউরেন ভনবা মিংথৌদি নন্দকুমার কোলোয় মিংথোংবু নাক্তারবগা হরাউ মুংশি পূক্লিং চঙনা কাউরেল মচু চংএ। য়াথং থৌজানবা কোলোয় অমেঙবমা হে ইবুংঙো নন্দকুমার কৌব-ও! চেংলৌ নলক উনিংএ, খোইমোম লাইশঙমুংগী য়াঙনা কুমলকও হায়না পাউমেল্লবগা খোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অহুস্নং মালেম লয়দা ভারকলে। শানৌ মতৌ মনাউনা থাজা অনি থোক্নুম ফম্ফমবু উরবগা মানবী থুভগ্নমা পুক্নমরে। কাউরেল পূক্লিং হরাউ থোইনা খোইমোম লাইপোক ফাউরবী হে ইমোম ইবেম্মা-ও! নঙগা মাকলৌয়েম ভনবা মীওই চঙথোনবা নঙগা নবিংঙাবু পাবোৎ চাংগা ভবঙম শোয়্নদে।

মুখিৎ অনি খোক্লুম করম চ্নবনো ? মায়কৈ লমদম অতাপ্পা অসিদা বায়ম করি লৈবগী লাকপনো হায়না পাউংলবদা হোয়দা ইমান কাউরেন তমবা নিংথৌ-ও। বারানসী লৈমাবনা সনা থম্বাল থিরুও থৌশীরকএ। পুরুপাখারেনা কৌবা পাংলেন য়াইওইববু লমদম কদায়রাইদা লৈবগো পাকতাকপি ও। হায়না পাউহংববু কোয়দা কাউরেন ঐনা মায়কৈ লমদম তাপ্পা চাক্তাক্লবদা থঙলকপদি অরাং লাইনা পাংবরমদা শিংলেন লৈগী উমং মুংঙাইবা অমা লৈএ। য়াউরৌ শানিংথৌ নোংশা খাং-নৌবনা শঙএ, হায়না শিংলেন চামেলৈগী উমং মতিক অরুববু শুনা পাউতাক্লে হায়দবরা ?

অঙানবা খোঙলোন থমথিরবগী শানৌ মতৈ মনাউ অনি-মাদি চৈরৈ য়াকুমুং, মোল্লাং তপ্তাইথক্তা য়াতারে। সনা কাঙ-থলমুংদা নন্দকুমার খোইখোইবনা মুংশি পুক্লিং মতোন-চোং, ঙকথি লুম্নাং নিংদোলথ্ুক মালং অহুইবা য়াতাননা মুংশি পুকমাম্নবদা তাইবং নমু পোংওইবগী হকচাং মপুং ফানাহয়, চাউথোং হারেপ ফানাহয়, অচাউ লেপফাহয় তাউজিং থুমখোইবা উনবী পুকহু হয়বু থুঙা শুনা খোমলেম তুমকনমম্নে। কৌবা চীংমুং শোয়রক্লবগী তোংলেং তপ্পা-হুম চীংথৈ লৈন-থোঙনা শহু চীংলাই ঙাক্লবদা কায়রৈ লমগী য়েন, বাবা চেঙক্তা নিংথৌবনা চীংথোং য়াকৈরকলে। শানৌ মতৈ মনাউদি খোমলেন মিকপ খোক্লবগী নন্দকুমার খোইখোইবনা ইশানৌ শিংলেন লৈহাউ লৈসাও! বিংথৌ সনা মরাথংবু তোকফরোইএ শিংলেন লৈথি

চৎলগে হায়না পাউমেল্লবগী লৈমা নিঙথিবীদি পিরেম ইচেম্বনা চৈরৈ ফিরোল চোৎলবগী লৈমা শমূ মহকপাংবু. শিংলেন লৈ-মাহুইশুম পুক্নিং অম্না চঙববু উরবগী লৈমা শম্বেং পানপা-লাক ঙকথি লুম্নাং কোয়া তৌগংপিরগা লাইজা পাশাননা ইক্ল শান-দেংলুরে। শানৌ মতৈ মনাউবু য়োইময়াই ভাউদনবা জুয়িৎ অনি থোক্‌মনা কম্মবরু উজা গুরু শিলৈবনা মহৈশিনগু-য়েক্লমএ। চেংলৌ মিৎকোয় থম্না করম নিঙথিবনো। হে ইবুংঙো নমূ মীওই চঙ্‌থে:নব ও! নশানৌ ঐদি পুংশি মথোঙ্‌ থঙ্‌লরোই। লৈমা ঐবু পুক্নিং থৌকাউদনা নরান য়াঙনা হল-মাইরকও! অসুম পাউমেল্লবদা থেং:ইমোম লাইগী মচা হে লৈমা নিঙথিবী-ও! চৌংঙু কোলোয় মিংলেন-:শান পুংঙাই মরাং কায়না লৈঙমও হায়না পাউমেল্লবগা কাউরেল শন্দনবনা পাউতাকলকপা শিংলেন লৈগী উমংবু তানখিরে। মশানৌ শিংলেন লৈহাউ লৈমদি চেংলৌ মিৎয়েং কংলিবমথৈবু পুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মীকপলোএ।

অরোং লাইপোক অথোইবদি হিরাম্নাইগী থাঙ্‌বু থৃতা-শূনা অরাং লাইনা পাংবরম, চেংলৌ মিৎয়েং ছম্ফ্‌ মরম্বু থাম্না খোইমোম লাইনা চিংবিবগুম চৎখিববু খোইমোম উজগ্‌ শিল-হৈবনা শেমগম্বা য়াংলৌ লমদাংশাং অহুগী তাউজিং চূম্না পান-ঙবা হয়রাং মুম্না লৈঙম্বা থৈবিকপু পুক্নিং অবা চঙ্‌দ, হকচাং ইশৌ লাংদনা হেক্লবগা খোইমোম লাইদা কৎনা থংএ। শিং-লেন চূনবা, লৈরাং নিঙথিবা পূরম্বাম্বুং চৌংঙু লাইদা কৎনা

চিনএ। পাখেল উত্তোম্বক্তা খোংখৈঙম্বা পোনবী খোঞ্জেল স্নুংনৌবা খৈবিকপু নাতারবগা পলেম মমা পোকমাবীবু উনবীনিংশিঙ খোইনা মীকপএ। হে পলেম পোকম্নাবী চীংঙু ল্লাইবক খীবীও। নঙ্গু স্নেংবা চীংন-খঙ, লাম্ন শানা তেলনোরে। পোনবী খোঞ্জেল স্নুংনৌবা পাখেল উখাস্নুংদা খেংখৈঙম্বা নঙখোয়বু পলেম পোকমাবীবু করম ওইগদবানো কনককএ হায়না মীবপ্লবগ য়াংলো লমদাং স্নুংঙাইবা লম্বী ম্যোনপাক থাঙুবা পাখেল উপোপ নিঙথিবা হিংঙোল স্নারিল শোনঙম, উনবী পুক্নিং হুবা, য়াংলো লমদাংশাং অহুদা চংখিববু তলা উমং ওইনম্বা মিয়ৎলে, শিংলেন চামেলৈগী উমং স্নুংঙাইবদা য়াইথুংলে। অতিংঙা নোংল্মুংপান্দা লৈবা তগুপ তরেং মিৎপু লংবা, খে ইংখোম লাইশঙ্মাবু উরবগী কাউরেল তনবা নিংথৌনা পাউতাকপিয়কপা অদুবু লাইশঙ্ অসিনমিতৈঙনে হায়না পুক্নিং খোইনা হয়াউরে।

খোইমাম লাইশঙ্গুং অদুদা হেরা, মনি, মানিক থাঙ্গী চেংলো মিৎপু লংনা লেঙবদি স্নুহিং অময়মা ঙন্দন য়াইরেং থৌগুমএ। থাবী টেংখৈবীরা কোনোয় শঙ্কাম তোঙ্গা চীংস্নুং নোংথাং কূপকুম্না লমঙালএ। লৈমা নিঙথিবীস্নুং হিরেন য়াইরেল পুস্নবাবু নমঙাননা কক্নমএ। নন্দকুমার খোইখোইরবি শিংলেন চামেলৈ লৈমনা লৈমিবা পাখেল উখোংথাবু তানা চঙথিরে। লৈমা শ্চৈরৈ নফ্ক শেং, মানলো অপাইববু চোংলো মিৎথিংলবী হে লৈমা নিঙথিবী ও। কোনোক গুশঙ্গাম অসিবু

খোইমোম কনাগুম্বনা শানশেম্বনো হায়না পাউহংববু চাথেল লৈমা অহেনবীনা কোলোয় ইশঙ্কায়বু পাউহংলবা নঙ,বু কনানো ? মায়কৈ নিংথৌ পানবা, দমদম অতাম্বা কদায়দগী লাকপনো ? খোইমোম লাই হিংচারা, চেংলৌ নম্বক খঙদে। খোইমোম লাইবু ওইরবরা ? লাইরেল নাপ নিংথৌনা শানশেম্নকপরিভেনে। খোইমোম লংলেক হামোইবা যুগী লাইহিংচারা, ? কিপাই ফত্তবা কুণ্ড কাল লাই-তমথি মাথোয় অসি খৈবিক্লা উনবী পূকছগে, পম্বৌ ইপা শারেন নোংশা নিংথৌবু লৈতরিভে অসিদা লৈমা ঐবু চাগে হায়বগী নমু পোংবু ওইনা শান ওম্লকপানরি-ভেনে। অসুম পাঙ্থুম্বু হে লৈমা নিঙম্নিবীও ! খোইমোম লইহিংচা ফত্তবশিং মতুবু পাম্নম্বনা কুরিমী পাউমেনবনো। ঐদি নমু মীপোক অতাঙবা বারানসী নিংথৌগী তয়ম নিংথৌ শেনবনে। কোলোয় ইম্নিংথোংদি নন্দকুমার কৌএ। সরা থুম্বাল থিরুও থৌশীরকএ। অসূম পাউতাক্লবদা তৌরিগীদি-ভলা উংংলেন ফুম্বী ইকায়ইকুম মামদি খোইমোম লাইহিংচাগী ফম্বী ম্যাগোই ফমনে। নমু নহক্লচাংবু পাম্মুদবরা ? মাঙনা হলরাই-খিও ! খোইখোম লাইহিংচাশিংগী শমু থুংথুম চনবনা হান্নগনে হায়না পাউমেনববু ম্যাতারবগা লৈমা নিংথৌবীও। ঐদি হেরোং মাইগী থাঙ অক্লবু ন্যাক্লা য়েপ্লীএ। খোইমোম লাইহিংচা করম্বনা থঙক্লমলোই। তৌরিগুম পম্বৌ নগা শারেন নোংশা নিংথৌনা নোংমুবম্নপনে। কোরৌ অসি নোংজা মাহুম খোই-মোম কুঙগী লাইথঙ থুংবা তল্লয়গে হায়না পাউথুম্বু চাথেল

লৈমা নিংথিবীনা অয়োং কোলোয় ময়াথংবু য়াম্না নাত্তারংগা মুংশি পূক্লিং হুন। ক্লেশ মুংশিং মায়া লাংদা থুরে। সনা মকম-লেনগী থোক্লকলে। লাইশঙ্ থোঙ্লেন হাংনা চোংথোক্লক্লবগা হে ইবুংঙো নমু মীওই চঙখোনব-ও! ভনবা নিপা ওইবগী পূক্লিং মহৌশাবু লাইজঃ ইহুল কনবনা থিংলেন ঈনম থাঙ্মএ। লৌশিং পান্দম অমসুং খুনু মোইথেম চেক্লুমএ। চেক্লা থোক্লেল থোক্লা থোংখৈরিভৈদি পোমবী লমদা লৈবা খুম্ন মঙাইরোইগী মুংশি পূক্লিং হুনা থোংএ। থোক্লেল মুংনৌ ভানা চঙখিরবদি শরা লাংদা থুংএ। অহু মতম মানবগুম্বু কোলোয় নঙগী নয়াথং ভারবগা মুংশি লাংদা থুরে। মতম কল্লিগীনো ওস্থোকএ হায়না পাউথুম্নবগা নন্দকুমার লৌশিংবনা ঐস্নং লৈমা নঙবু লৈএ হায়বগী ইন্দাল্লক্তে। থোইমোম লাইনা ভম্বগী তৌশিক্লবিভৈনে। ভল। উমংলেন অসিদা পানবা কৈয়েক্ল', থোইমোম লাইহিংচা পামেল শমকাপ মানবা তাংজা মরৈভম কৈরেন ময়া কারা ঙাইথমলিবশিংবু শেংঙকিএ নঙগী থোই-মোম লাইশঙনুংদ। চঙজয়কে হায়না পাউমেনববু লৈমা পায়মা উমকোয়নুংদা মুংশি চুচিন থোইরবগী হে থোইমোম লোংদম-ও। লহাব ইপোক লাংওন থুদিংদা শিংলেন লৈপুনমাগুম ভিম্নকপবু ওইরবদি ঐগী থোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অসিবু থুনা মালেম লমদা ভাকনবিয়ে। হায়না পুরুম্নবগা য়াথং মচুঃ ইম। অয়োং মমাঙ লাইশঙ শংশংবদা লমদা ভারক্লে। লৈমা সনা উনকোয়নুংদা থংলেন লাইঙইনববু ওইও হায়বগী লোংদম অয়েপা মওইরে নিঙথমবগী

মাপষী খূদপ্পন, প্নরুমলে। হে ইবুংঙো। খোইমোম লাইশঙ্-হুংদা চঙলসে হায়না পাউকৌচিনখিরবগা লৈমা মকমলেন ক্যাং মোস্তেক-থক্তা ফমফম্মরে। তম্না অভিংঙা নোংলাংপাল ল্যাইশঙ্ মকমলেপ্তা লৈরুরে। হয়রাং থুমখোইবা তাউজিং হাউখোইববু চিঙ্গাক মশাং শুন, থংম্মরে অরোং পায়মা উনকোয়লুংদা পুক-পাথারেন। পাৎলেন য়াইওইবদগী সনা খঙ্গাল খঙ্ববু হেন্না মাইকৈ চিথেক মরীমাবু শমু থুংথুম চনবগুম পুক্লিং থোইনা হরাউরে। শিংলেন চামেল লৈমন নন্দকুমার চেংলৌ শকোয় য়েংববু য়েং-ঙমদা তাংজা ঊকাইবমা হুমাং ভুখোঙ লোয়না শোএ। লৈমা নিঙ্শিবীন অপাম পুক্লিং হরাউখোই, মুংশি য়াথং চৈরোম্মনা পাউহংখিএ। নমু কনাঙুম্বনা য়াংলো লমজিংবিরকপগী ফম্বী অথাপ্পা অসিদা লাকপনো? খোইমোম লাইরৈবাককুম্বা নমু কনাগুম্বনা শানখঙদবা ফম্বী অচিকপসিদা মুংশি ইবিংঙা লম-ওক্লরবা অসিবু খোমলেন মঙ্মলানচাংগুমএ হায়না পাউমেপ্পবদা অরোং লৌশিংবনা পাউথুমখিএ। ব্রহ্মভাৎ ইনিংথৌনা সনা খম্বাল থিক্লও খৌশীরকপবু খোইমোম লাইগী মচা নিঙথিবীবু লমওক্লরে লাংওন ইহুনমন্নরকপগী নোংদম মীউচেনফদরবনা য়েৎনরে হায়না পাউয়েল্লবগা চামেল লৈমা অহেনবীনা মোনত্তেক মাপ্পী ঙাম মোন্দা মুংশি হকশাং শেপলৈনা চিনবাল যোমোন-মোক, য়াথং মতাখিনা পাউথুমখিএ। খোইমোম লাইশঙ্ অম্মানবা অসিদা মুজা ইদোম য়াক্লোইববু তনবা নিপা ওইবনা শায়েল ঐগী য়েৎলমকম্মা অসুম পাউমেল্লৈঙমে হায়ববু খঙজদে।

মঙ্না শিংলেন থম্বাল থিববু লাকপদি করিগী ঐগী শমু নাক্তবু কম্না পাউথেমলবনো ? তনবা নিপা ওইবগী পূক্লিং মহৌশাদি খাম্বী মৈদা তীক্লগএ। উম্বম তরক চল্লিতৈদি চকথোম মাঙদা থানা তীকএ। খাম্বী মৈতিক পেল্লবগা লাপ্পা চুল্লালএ। অহু মতম মানগুমবু চিনগোয় নয়াথংবু ইমা সুংওল ইবিংঙা লিত্তিন-চিল্লবগা অমরক নমদা চুমা, খাইমরম্লবদি লৈমা শমু ইচকচাংবু চীংলেন পলংলা চাউথোইবনা ননগুম্লৈঙেনে হায়না পাউমেমববু হে লৈমা লিঙথিবী-ও! নন্দকুমার ঐনা বারানসী লৈবাক সুংঙাইবদা চলরাইথিরবগা লৈমা নঙবু নমদা চুমা চুল্লাম্লমৈঙেনে হায়না নিঙলুগুনো অসূম বাংলেন পুংজা অহুলোম্বু মাথং সুংশি মরেংশীম্না পাউমেম্নরবদা শারেল মোংশা নিংথৌহুং মক্কান গুন্দেরকলে।

হে ইমোম শিংলেন চামেল লৈমা ও। নমু কনাগুমবু শমু নাক্তা থানা লৈবনে ? তাইবং মীহীং নংএ হায়না পাউ-হংববু হোয়দা কোলোয় মনিংথোংমু নন্দকুমার কৌএ। ব্রহ্মতাং নিংথৌরেম্না থম্বাল লেকা চামা তবু খিক্ল মৌশীক্লএ হাম্বএ। অসূম পাউত্তাক্লবদা শাক্লেন মোংশা নিংথৌনা হে ইবুংগো থোম্নং-লেন কঙ্লাকচাগুমএ। চেংলো মঙী শকপ হোম্বু মেংলিঙএ। পাউকৌথোক্লবদ মাঙৈগো শানিংথোম্না চেংজো লিংলিংকব্বা শাক্লেন মোংশা নিংথৌনা মাবনী থুম্বপ্রকা গুকথবে। নমু মীওই চঙথোনক্না লোইদাব শানিংথৌজক্পা মহৈক্লানা কক্লিংগম্র কথক্লিবনো ? উনবী মঙী লিঙপুলেবা মতি মম্লোম্ব পাকম্বু লৈকদে! ইমোম্ চামেল

লৈময়োম্নুংগী নাউনৌবী অসিবু শমু মচুগী ওইরম থানা পাবং ময়রুও ! নকুম ইমোম মুংচানবীপা. নবিংতাবু তাইবং নোংশা-পালদা অনা লাম্নথুং চন্দ্র-পুন্সি মতাং শাংনা পানমক্তৌ হায়না লনকুবিরে হায়দবরা ?

নন্দকুমার লৌশিংবনা ইমান শারেন নোংশা মিংথৌ-ও। থৌজাল নরলক্ অসিবু শিংলেন ইতিক্রা, লৈরাং ইপা-ববা মহাকনে। পুক্রিং ঐবু থোইনা হরাউজারে। তোইঙম্ বারানসী লৈমাবগী নিংথৌ সনা মাথংবু মাঙ্করোই। পুকপা থারেনা কোৎমা থম্বাল লৈকৌফম্বু তাকপিও হায়রবদা শারেন নোংশা মিংথৌনা থম্বাল লৈকা চায়া শুবনা ওতজিবদি অমাং লাইনা পাংনবম্ লুপা চৌংলেন পল্লংলাবু লৈবনে। চৌংলেন মতাল অরাবমি য়োইময়াই তাউদনবগী নোংশা মতাল ময়ুরবু ওবৈরেএ। কেংলৌ মিৎপু লংনা য়ে ফদে। তলা চাউথোইবা, পারেন চুমথোইবু মশাক্ শীঙথদনা ওংলিবনে। চৌংলেন অহুবু নাইতেনন থম্বাল লৈরম মতামানা পানবা পাংলেন য়াওইববু লৈবনে। শিংলেন থম্বাল লৈময়োম্নুংগী নাউনৌবী, শকওং মতাল নাইবী অমবু চৌংক্ নোংথৌ শরারেম্না শানশেম্বা থোইমোম লাইশঙ্ অমানবদা লৈরিবনে। শিংলেন লৈকা চায়া শুবগী থম্বাল লৈহৌরুমদি লৈমা মনা খুঙওম্লৈতেনে। লৈমা নিঙথিবী অহুদা পাউহংলু-ও হায়না পাউ-য়েমরিবৈ য়োইময়াই তাউদনবসুং মুসিং থোওলেন্ শমথিরে। চেক্রা লমদা প্রাইজবা, পোনবী চাকথোক্নুম থৈবিকপুং অমাক শঙ্খেরকলে। চোংক্রা য়োমখোকপা, কেনোই লোনমিলবন তিংলা

পামেল উরক থূদিং খোংখৈরে। লৈমা মতৌ মনাউস্থুং খোই-মোম লাইশঙস্থুংদা য়াচংলে চিনগোয় নিংথিবা য়াথং মুংওনববু য়াম্না পাউমেয়রবগা সনা কাঙখলস্থুং শিনৌ তেরা লুথ ঙথক্তা য়াত্তামচরে। মতৌ মুংওনবা পূক্লিং অপাম্ববু মুংশি মখৈ নাইদে। লাইজা ঈহৈথগুম্ববু খয়ঙমদবগী মিৎয়েং মত্তাই থিঙমদনা তোয়-নরে। নোংয়াই চাপুক হেম্না মালং তোংলেং তপ্না শিং, লিক্লা, রাইফেন হুন্, চীংস্থুং তাম্না হুইশোন খেনবু লম্নক অচীকপদা খোজেল মুংনৌ তানা অনৌ মুংওয়হৌএ হায়দবরা।

কৌবা চীংস্থুং শোয়গে তোঙুম্নক্লবদা শানৌ মতৌ মনাউবু মুংশি থাইনরমগে তৌবগী খম্বাল লৈথি রাবু হায়নরিঙৈ লৈমা পূক্লিং অবা চঙলে কৌবা চীং মালংনা চীংখোং য়াহৌ-রক্লবগী পোনবী চেকয়াম খোংনা রাবা চীংখোং য়াকৈরকলে, য়োইময়াই তাউদনবনা নোংপোক মরাইতাগী খেনকাগে তৌঙু-মবগী মায়কৈ মখোঙ শেন্দনা ঙাল্লক্লবদা নন্দকুমার লোশিংবনা ইশানৌ চামেল লৈমা নিঙথিবী-ও! নশাবী ঐবু মুমিৎ শিংবুম য়াম্না লৈমা নাক্তা লৈসে হায়ববু নমু পোংওইবনা ঙাইনোক্ল-রিঙৈনে খোইমোম লাই খৈবিকস্থুং নন্দকুমার কৌবা অসিদি পূক্লিং অরেপ নাইদে। উনবী মনিঙ্ তম্এ। নমু মী মতৌ অতোনবনে হায়রঙৈনে। য়াইফ মিংচৎপদি কল্লতক্ল উপাল শিদবগী মপু ওইগে হায়না পায়মা ঐগী উনকোয়স্থুংদা নিজরিবদো তানকংওয়োই। লৈমা নদোম পূক্লিং অবা চঙদনা লৈঙমও হায়না শম্নাং তোন্গা নান্ খজাই লেংলোইচূপ শিনৌ কুরাং

থম্ম', পাউমেনরবগা উনবী পূক্নিং লেপ্পা হিরা য়াইগী থাঙ নাক্তা-য়েপ, খোঙকাপ নৌরৈ থাংনা, অহাং লাইনা পাংবরমদা চৎখিরে। মশানৌ চাযেন নৈমা নিঙখিবীদি শিরেং থকমাদনা মিৎয়েং শানখৈরেৌঐ। মুংশি মতৌ কম্বু নৈতনা নৈমা শমু মহক্তচাংদি খোইমোম লাইশঙ্ মুংঙাইবদা ক্ষমকমলোঐ। পায়বা মাপী উনকোয়মুংদি অরোং হৈনা ইনখিঐ হায়দবরা ?

## মরীঙবা পন্দুপ

মশাবী নন্দকুমার লৌশিংবদি পামেন উমং-মুংদা চঙখিরে। খোইমোম উবাগুক্ক শিলহৈবনা শেয়বা য়াংলৌ লমদাংশাংগী পামেল উহৈ-য়াহৈ, শিংলেন নৈথিং য়াবা খৈখিক্তো তাউজিং মক্ক লুক্কা নৈঙমঐ। শিংলেন নেম্মা মহেক্ক্ হইঐ। অম্মা ইশৌ লাংলুংদে। পামেল উত্তোন খুদিংদা পোথী চাকরিমঙবা চেক্কা মপায়ৌ মুংচানবশিংবু লোক্কৌ শানা কোমা, মাইচামঙখবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগী কোংয়াং হাশোইচিন্না থনা লাইহৌরুবগুম পলেম পোকমাবীবু উনবী নৈনিঙশিংনা হয়া হয়া মীকপঐ। হে পোনবী! য়াকাবা চেক্কা য়োমদম পৈতস্না মঙখোয়রদি মপায়ী নমোম মুংচানবীশিংবু লাকলৌ শানা-কোন, পোনবী চিনওক্কনা চাকং-য়িমঙমঐ। পলেম পোকমাবীদি তম্মা কদাগুহনা চাকপিক-

য়িবনো ? মদোম্ উমবী চাপুক-লাম, ভয়া চাকা নীঙ্গা নোং-থোইয়িবা মকক্তা থৌরৈ য়াকমথোং চৌংগুং নোঙ্গৌবীনা থোয়মা লাংদোহক্তা পোনবী লাইবু লোংনা নোংলেন ঈভাই থকপগুম কোয়ৌ থোইনা-মেং য়াংবল পাংনা য়েংনা মপান্নী ঐবু. ময়ান ওল্লেরক্তয়ে। গুম্মিৎ শিংবুম য়াম্না চেংলো শকউনদয়ে। কোয়ৌ গুমিৎ কনৌনোং পুমুং লেপথঙ্ নয়সিবনো হায়না লাঙ্গোই মচুম-ভাগুম পিরেম থকমাদনা মুংশি চেংলো মিৎথোং থম্না পামেল উংখাঙথাদা মদোম মীকপ্ এ। পায়মা নিংশা শাৎহোলনা মালেম লয়বু শোনা হোৎলবগা পোনবী য়োমদম পৈবশিংনা খোঙ্গেল মুংনৌববু খোঙ্গ' থোংখৈঙম্ এ। পোনবী কোয়চা-মেক য়াহোং মৈপুংথৌচানাম্নং চেক্লা মথৈ কম্না পোনবী চুকোই শাঙমএ! পোনবী কিমুয় ওম্মোকপা চেক্লা শোঙ্ তাবা থাং পয়শিথোংগী মথৈবু মহক্নশাং পুয়থদি নমু মীহকশাংগুম্বা চেংলো শককোই থোংবু নিঙথি পুক্লিং হুবা চৈথৈ কিথোং-খা কৈয়া ভানবুম অনিমাদা শাপল ভুকাং হোৎবা, শমু মথুত্তোন্দি পোনবী খোঙদা নবা, চেক্লা মহকশাংবু চামেল চুদা-নবা, শম্না ভুম্বুম খুদিংদা সনা হাজং মৈগুবা মনিক য়াইক্নং চায়। থবা লিককোয় হেনগুবা কিহুম চেকনিংথৌ পোনবী মচু মঙ্গানা নন্দকুমার চেংলো শককোয় চিংন-য়েং, পোনবী কয়াউথোই, চিমথাল মোমোন নোক চুকোই থোঙচৈ শানা, মোয়না ওমদম হোঙমএ। য়াংলো লমদম্, অঙ্গুর, ওঙলিবা ভলা উবা থৌখিকপু, পাথেল নমা পুংএ। ভলা মচু নির্ভথিএ। পামেল মহম চুমএ।

ম'লং হম্ হম শিংলবগা ভলা নায়েং খোনবু লাংবল ভৌত্রি খোনগুমএ। মচু চোয়নৌ সনা মানবা শজি খোঙদাংবনচিংনা শায়েন শাশিং গুনা য়াউয়ৌ খেয়াং-থাং শায়েল হয়াউ খোইনা শামঙমএ! খোইমোম লাইহিংচা য়েক্লবশিংবু লাইক্লপ মপৈ য়াম্না লৈঙখবু হেয়া য়াইথাং য়েম্না অয়োং খোইবোইববু উয়গা য়াউরৌ লাখংবৈ। খোইমোম লাইহিংচা পূম্নামাক্সুং লাপ্না চেম্থোকখিএ। য়াংলৌ লমদাংশাং চে'লৌ মিৎয়েং মম্নিফুঙম্না লাপ্নবু খোইমোম ময়নকুনা অয়া হুইয়াং শোম্বনা য়ৌক্লয়ে। লুপা চাংলেন পলংনা, হুমিৎ মঙাল অয়াববু ঙমজবা চাংলেন য়াংখোইবা অহদা ওঙ-লিবা পামেল উডোম্হকা পোনবা খোংথৈঙববু উক্লয়বগী অয়োং সনা উনকোয়মগুংদা ইমান নোংশা নিংখোন। পাউডাক্লকপবু চাংলেন চাউখোইবা উমং মুংঙাইবা অসিবু মওইয়ে হায়না নিঙথয়ে অহন্নুং মদোমদে।

পাংলেন য়াইওইবদা ওঙবা সনা থম্বাল অঙাংবা শিংলেন অঙৌবা লৈয়াং অশংবা মচু হিগোক মানবা থম্বাল উশোঙ্-ভুক্লবা শিংলেন লৈয়ম মঙামানা থম্বাল লৈকা কম্না শাংঙববু উক্লয়ে। খোইমু লৈপাক্ষনক্সুং শিংলেন লৈয়াক চুপ খোইবু মনিয়াইনা ডাউলৈঙমএ। হংস চেকনিংখৌম্বুং থম্বাল লৈয়ক-থাম পোনবী ময়াঙ্ হৌনা লাচিঙা পাশানঙমএ। শিংলেন চ্নবা লৈয়াং নিংথিবা থৈবিকক্সুং লাইজা পাংথাল কৌয়না শাহএ। অয়োং খোইখোইবদি খোইমোম লাইথঙ্মাকা চঙ্-খিয়ে।

চীংঙ্ লাইশঙ্ অয়াম্বা অচুদি মোংশা মঙাল অয়াববু ঙম্বৈদ্রে। চেংলৌ মিৎপু লংনঃ য়েংফদে। হেয়া যাইরম মাপল মানা নিঙথি পুক্লিং হুইএ। লাইশঙ্ মঙাল অয়াবগঃ লুপা চাংলেম মঙানগা লৈমা মঙাল নিঙথিবীগা মঙাল অহুম্মানা উনবী পুক্নীং ঙকএ। মমশা ওইনবগী শিংলেন লৈথোক্ত-খাদা লেপ্পা পাউহংখিএ।

হে লৈমা অহেনবী ও। থোইমোম লাইশঙ্ হুংদা লৈরিবী-ও! থোইমোম কনাগী মচানো হায়না পাউচংববু নাতায়বগী থোংজি নাতৈ কাঙনা মিৎয়েং শানখৈথরকএ। চৈরৈ মকিশেং, হেয়া মনিমুক্তা থাম্বু মঙালনাই, যাইগী লৈরোং নিঙ্খিববু চিমা লৈমা চিনকোই ময়াথংবু লাংবন জৌত্রি থোনগুম, য়াবা থোক্কেল মিনা পাউহংলকএ। মায়কৈ অথাপ্পা মমু মীথোক্কেল ভাদবা অসিদা পাউহংলবা নঙ্বু কনানো? থম্বাল লৈয়োম্নুংগী নাউ-নৌরকচৈগী মথৈবু তাইবং কশাগুম্বা অমত্তবু চেংলৌ শকউরক্কে। নঙদি থোইমোম লাইহিংচাবুনরিঙৈনে। লাইরেল শাপ মিংথৌ মশামঙলনা ইপা চীংঙ্ নোংথৌ সরায়েনবু লাকরিঙৈ অসিদা লৈমা ঐবু চাপে লাকপনরিঙৈনে। ভাংজা মরৈতোমদি অসুম পাউমেলএ পায়মা উনকোয়মুংদদি মুংশি পুক্লিং চঙ্লে।

অরোং থোইথোইবনা থোইমোম লাইগী মচা লৈমা নিঙ-থিবী-ও। ঐদি চীংঙ্ লাইহিংচাবু নত্তে। অনবা নিপারুপ্তগী মমু মীওই চঙথোনবদি ঐনে। বারানসী লৈবাক মুংঙাইবদগী লাকএ। কোলোম ইথিংথোংদি নন্দকুমার কৌএ। সনা থম্বাল

থিকও হাক্না থৌশীনকএ। থম্মাল নৈংবা চাম্মা শুবরু মফম কম্পিশুবগা ওঙকিবনো থাউজাকপি-ও। হে নৈমা নিঙথিবী ও। পাম্মবা ঐনী উবকোয়হুংদা মনা থম্মাল নৈবু হেমা পাম্বা অমা নৈংতে হায়না থাউমেন্নবদা থিংলেন থম্ব'ব্র নৈমনা হে ইবুংঙো নন্দকুমার কৌবা, মনা থম্মাল থিব-ও! বারানসী নরৈবাকা য়োকনা চেংলৌ মিংথেং চাম্মা লাম্লদা ইন্দাল্লকপা অসিবু লোইবাম থাবুর কম্মা শুরবনো? লাঙ্গোয় লমশা য়াপানবা কাঙ্গবেম শঙ্গো লাইরোংবা, পানবা কৈয়েক্লা কায়বী য়েকশাওম্ থোইযোম লাইহিংচা, খ্রিকলেল মথা কুইনা থোম্লাং কপ্লাক মৌবী নাম্ল কোম্বোংলম্বু লংশুং থাংদিন লংশুপী লাঙ্গোই শামু ময়াঙ্গম য়ারেন থোইনা চাউবী পায়মা মপুক্রুংদা তরা পাইওন কোৎকুপী মম্বিং চেংলো চাশঙ্বগুম্ থোইনা তাঙ্বা শওম হিংচারা মুকোক থাদা পক্রপা মনা লাঙ্গোই শামু নাভানবা, চেংলো মমিং কনিমাবু নোংপোক চাকথিংশৈলশুপা শয়েং পা-ঙ্গোব লাংবগা ওইশিং-শু হিংচাবা থাঙলেন য়াইওইরবু শমু খুক্রা শুক। কোবো লোংলোন পাইবা থোইয়োম লাইউমথি, নমু হিধংপাং শারবা অমিশিংবু শোওকিদনা কয়ম ক্লাওরক্লপনো হায়বা পাঙ্গিংলরদা থোইমোম লাইহ্পোক শং-শংবা নন্দকুমার থোইথোইবনা হে নৈমা নিঙথিবী-ও! থাঙ্লেন ইথুংশু হেক্লা মাইওইবনু নাক্তা মেপলিরগী থোইযোম লাইহিংচা নৈথিক্লা থোমদা ইয়াঙ্ জোলপিদে। চেংবো মিংথেং চাম্মা থাম্লা অসিবু কোরৌ মুথিৎ অহজিদা নাকএ। য়াংলৌ লমহম্মা পাজল

মতুং ইমা চংয়িগীদি কোয়ৌ চুমিংমাদা য়াংলৌ লৈহেন্নৈঙেয়ে। শিংলেন থম্বাল লৈহৌকমতুম ভাকপিও হায়না পাউহংববু চৈরে ভগবানবু কংনা মপোক লনওনমনবু শোয়দবী থম্বাল লৈকা চাম্মা শুবা শিংলেন লৈয়োম্মুংগী নাউনৌবীদি ঐনে। কোলোয় ইমিংথোংস্থং শিংলেন থম্বাল লৈম-ও কৌএ। পুকপাথারেনা পাংলেন য়াইওইবদি থঙদে। লৈমা ঐবু হেমা' থম্বাল লৈকা চাম্মা শুবদি লৈঙমলরোই। অসুম পাউথুম্নবদা নন্দকুমার লৌশিংবনা লৈমা মপাউথুম ওন্থোকপবু ভানা পূক্লিং থোইনা হরাউরে। শিংলেন থম্বাল লৈমা পায়মা লৌশিং থোইবীনা হে খোইমোম লেংনা ভিনবশিংও! লাংওন ইপোক থুদিংমী মহয় লিভিন্নকপবু ওইরবদি অভ্যা নোংলোম্বকী ইয়াল লাইশঙ্ অয়ানবা অসিবু থুনা মালেম লয়দা ভাবিও হায়না পুনেম্নবদা ভমা লাইশঙ লয়দা ভারক্লে। নন্দকুমার লৌশিংবনা পাঙ-মেম্লকএ। চৌংঙ্ নোংদম্বনা শমু ঐগ ওইরম থানা পানমন্নোও হায়না নোংদম্নকপা মওইরে। বারানসী ইমিংথৌনা সনা থম্বাল থিংরুও থৌশীরকপদি খোইমোম উদবনা য়াংলৌ লমজিংবিরক-পগুম ইবিংঙা চেংলৌ শকউনরে। শিংলেন লৈকা চাম্মা শুবা হায়রবদি লৈমা চেংলৌ শক্লোয় ফেনবী অসিবু মওইবে হায়না পূক্লিং হরাউ থোইরে। অসুম বাহম্বু নাভারবগা শিংলেন থম্বাল লৈমা নিঙথিবীদি মুংশি চুচিন থোইরবগী শাবল ভয়াল হৈগুম মোইকাই ভাঙ্না হেনবীবু মোমোম মায়থোং চেপলৈনা ভাংজা মকলুক কোলোয় ময়াথংনদি হে ইমুংঙো নমু মীওই

চঙথোনবাগও। থম্বাল নৈকা চাম্বা শুবদি ভলা উমংলেন অসিদদি নৈতে। থোইবোম লাইরৈবাক্তহুম নৈরিগবরা হায়না পাউমেলএ। পায়শা মপুকমুংদদি মুংশি ইনোৎ কাণ্ডম থোইহৌরক্লে। অনৌবা হে ইবুংঙো সনা থম্বাল থিরকপও। নঙ্দি নিংথৌ সনা ময়াথংবু থৌকাউরবরা? করিগী থোইবোম লাইশঙ্মুং অসিদা ভনলিবনো হায়না মুংশি কোলোয় ময়াথংবু য়াম্না পাউমেল্লবদা নন্দকুমার লৌশিংবনা শিংলেন থম্বাল থিরুকম্বু পুম্না ভায়ে। নৈরাং মকা চাম্বা শুবা হায়বদি শিংলেন থম্বাল নৈমা নঙবু মওইরে। অস্তুম পাউমেনংবু রাংলেন পুংজা অহুম শুরে। য়োইময়াই ভাউদনবাম্মুং অঙান থোঙলেন থমথিরে। শানৌ মত্তে মনাউম্মুং থুৎচেং হংচিলাক শমু পালোইনলা থোইবোম লাইশঙ্মুংদা য়াচংথিরে। লাইশঙ্ মাইওইবা অহুমুং কোয়ৌ নোংলাংপান্দা ভম্না পাইথংথিরে। চোয়নৌ সনা কাংথলমুং ক্যাং মোম্লুম থক্তা শিনৌ লশিং ভিনগুম য়াত্তামমৈএ। শিংলেন থম্বাল নৈমগী পাম্বোম থম্বৌ নৈরা য়োনগুমীবু চৈংথাঙনা কুমার শারেল য়েৎনা-কোন চিনসনা থম্বাল মাইয়োকচ্‌প, ভাংজা মরুলুক, পামু মুংচালহৈগী থৌজাল লীকৌনববু শেংনঙমদনা মত্তৌ মুংওনবা পুক্লিং অমিনবনা লাইজা ইহৈথগুম্বু থম-ঙমদনা নৈসনা মোইক্রেং শুংজিন্নরে। মালং অচিকপবু ভোংলেং ভপ্না হুমজিল্লকপনা নৈমা মহকশাংগী থম্বাল নৈনম মুংশিববু চৈরৈ কিরোনমুংদা উনবী পুক্লিং ফেললে। থোইবোম নোংদম্বনা মুংঙাই মুংশি অনিমাবু শমু থোংকাপ ওইনা ভাইবং

লাংঙন ওইহনৌও। কময় লোংচম্লবনো ওহোকএ। নন্দকুমার মৌশিংবদি চৈচৈ মাকুন্থং অহুদা পলেম মমা পোকপাবীবু ফিঙ্ক'শং-ঙুরে। ঐদি থোংইবোম মমরুকুনী শিংলেম লৈহাউ লৈকমচিংনা চীংঙ্ লাইনী মচা অহমবু তানকংজরে। থম্বাল মরাম্ তানা উনবী পুক্রিং পেনে। পলেম ইমা পোকমাবীবুদি থৌকাউরে। মক্কৌ কময় ওইরিপবনো হায়না লিঙথল্লবগী পিরেম থকমাদনা লৈমা শরেং মতামপোম থগৌ লৈমা য়োনগুম্বীবু চোংলবগী মশানৌ থম্বাল লৈমা নিঙ্থিবীনা খাং পমশি-নান্ চিনবাল মোইবাইচুপ পোনবীহুত্তবু চিলওরনা শাওহংখিএ।

হে ইবুংঙো নন্দকুমার পৌশিংব-ও! পায়মা উনকোয়ন্থুংদা খুংশি অমা পোংলুম পুষা কয়বু লৈবগী পিরেম থকমাদনা মীকপ লকপনো। নদাইয়েম ঐবু শানথঙহনবি ও। ইপা চীংঙ্ নোংথো সরারেনবু লৈএ। পায়মা নঙ্গী পুক্রিং খুংহনগে। বতি মাই-মকথুব পাম্লবস্থুং মাইরম তরেং শুনা লৈএ। চোয়নৌ মমা শজায়ক্লেনবু পাম্লবস্থুং তিমেম খুংশু খুংলাই শাদি লাপ্মী পুমামাবু হাম্মবস্থুং চেংনৌ মিংকুপবরমদা তানকংতৈনে। পম্বো ইপা অয়াং নোংনিংথৌদি কোমৌ মোংশৌইজংখু খুংশূনৈএ। মায়কৈ চিথেক মম্নৌমাবু শমু খুংথুন চনগে নিঙ্লবস্থুং তবতৈনে। লৈমা ঐবু হেনবী কয়বু লৈবগী পিরেম থকমাদনা মীকমনো হায়মা পাউমেরকমা হে লৈমা অবোইবী-ও। পায়মা ঐগী উমকোইনুংদা মীকমদি থরব অদি মৈথিকনু মতে। পলেম ইমা শাহাং নোং-চেং ওইবা, মেংনৌ মিংকয় তাঙ্না চীংঙ্ লাইমক পীবীবু

ঘাৱানসী ইবৈবাক্তা লৈরোএ। মপারী ঐনা কোরৌ নোংজা থুদিং শীঙ্‌বী পরোল চন, থুল্লক ত্বরা চাগ-শীনা নাউরোকএ। কৌজিক মতম অসিদদি ভরা কনানা চানিবী রিগবনো চেংলো মিৎথোং মন্নবগী গুমায় মুংলাং গুমদরীবীনে। ইরান লোনয়িন ম্রাইদা, বারাসী লৈবাক মুংঙাইবগী মায়কৈ অরাং পাংবরমদা মুংশি মথে'ঙ্‌ খঙদনা লৈরোএ। লৈমা নরুমপালগী মপারী ঐদি মুংঙাই চিঙাক রাস্তরে। মরম অসিগীনা পলেম ইমা পোকমাবীবু উনবী শিংশিঙ্‌লুবগী মীকপ্পনে হায়না পাউথুম্নবদা শাবী কোরৌ ইনোং-থৌ থরায় ইমিরলগুম্ব ও! নঙবু পিরেম খকমাদনা মী কপ্প-গুনো! কোলোয় নপাউমেন্‌ য়াথং হীকহাইনবা অসিনা লৈমা শমু ইহকশাংবু তেমবী হুপ্নবনা খম্মোয় মচি কংনা কাপ-চিন্নবগী ভেংবাল অনা খাঙঙমদবগুমলে। পোনবী ঐগী তেনোই লৌশিংবা ভজগা মীরোল খোকপপু লৈএ। চেক্লা অদুবু থৌণীগে হায়না রাহম্নরবদা হে ইদ ইরেম ভজগা লৌশিংবা নঙবু লাউও! চেক্লা য়াঙনা পাইথিগ। বারানসী সনা লৈবাক মুংঙাইকগী মায়কৈ অরাং পাংবরমদা ভলা উতোল্‌ ভোংনা নাভারমও! নন্দকুমার কৌবা কোলোয় মমিথোংবু পম পন্না শীকপঙম্ববু নাভারবদি ইমা হন্থ ময়াই কারবী মহাকপু লেপ্পা ওইরে। ইমান অহুদা পাউমেল্লম্নও। মুংশি পোৎলুম পুনা শীকপ্পগুনো! নপারী নন্দকুমার শিংলেন খম্বাল থিবদি পুরুপা খারেনা পাংলেন য়াইওইবদা সনা খম্বাল লৈমগা লমওরুরে। মহুইরোল শিংলেন খম্বাল লৈমগা মুংঙাই মথোই ভোংনা পানমমরে। কোরৌ

মুমিৎ ভরেংনি শুরবগা বাইথুংলৈজেনে হায়না পাউমেল্লম্-ও হায়না পাউমেল্লবদা পোনবী ভেনৌই লৌশিংবনা লৈবা সনা ময়াখংবু পুনা পোনবী শাগল ভুকাং-ঙু মালং চৈরোয়নবা পাইখিরে। ব্রহ্মভাৎ মরৈবাকপু য়ৌরবদা পোনবী ভেনৌই লৌশিংবনা নিঙ্খনখিএ। ইবুংঙো নন্দকুমার কোৎবগী মরান লোনয়ি ময়াইখু কদায়নরিগবনো নমু কনাগুম্বগী মরাম লোনয়িময়াইদা ভোংলুবগুং এবু মীথুং চন্নগনে। এবু লোইবী ঈবেম্মা সনা থবাল লৈমনসু পোনবী নঙদি খোইনা পঙ্এ হায়রলৈজেনে হায়না মায়কৈ অরাং পাংবগী পামেল উতোল ভোংনা মাতমদৈ ইবুং শোয়রাইবাদা নন্দকুমার কোলোয় মমিংখোংবু ভেংথাননা খদোম মীকপ্পকএ। পাৰী ইবুংঙো নন্দকুমার চীংঙু লাইবক থীব-ও! পামেল উমং অশোঙ্বদা ভরা চাৎংদনা নোংমল্লবরা? থবাল লৈকা চাম্মা শুববু খিথত্তদনা পানবা চিনকোয়চন্না মোংহাঙলবরা! মুমিৎ শিংওন য়াম্মা নরান কলরাইরক্তয়ে হায়না মীকপ্পবু মাতরবগী মালং চৈবোইননা য়াওনা পাইখরকনে। মোংবা য়িমজিল ভোংনা পাউমেল্লুইএ।

মুংশি পোৎলুম পুনা মীকপ্রিবী হে ইবেম্মা বয় খঙ্গাই কারবী। নপায়ী নন্দকুমার থোইমোম লাইপোক শংশংবদি সনা থবাল লৈবু খিথত্তলে। মশানৌ শিংলৈম থবাল লৈমগা, গুত্তাই মথোই ভোংনা পানমররোয়ে! মুংশি কর্কানীকমা মীকপ্পগুমো! কোরৌ মুমিৎ ভরেংনি শুরবগা য়োন্দনা বাইথুংলরলৈজেনে। মচুই-য়োল সনা থবাল লৈমগা নপায়ী নন্দকুমার অথোইবগা অজিমানা

নন্দকুমার খোইমোম লাইপোক শংশংবগা লৈমা মশানৌগা অনিম'না হয়াউ মথোই ভোংববু কোয়ৌ নোংমদোন্দা শিক্ষর সরারেম্না চেংলৌ মিথিৎলবগী মালং চৈয়োয়ননা কুমপকলে। মমোম লৈমা নিঙ্থিবীনা খোইমোম লাইশঙ্সুংগী চোংথোক্লকলে। মপল চীংঙু নোংপাথং অতোংববু মালেম লয়দা পক্লা পুরুমংঙমএ। খোইমোম পাখং য়োইরেনবনা হে ইমোম পেম্ম-ও! নঙ্গী খোইমোম লাইশঙসুংদা ফম্ফম্ময়ঙম্বা অসিবু কনানা হায়না পাউহংববু হোয়দা পন্থৌ ইপা ইবুংঙো! কোয়ৌ নোংথোয় কম্ব-ও! বারানসী লৈবাক সুংঙাইবদগী নমু পোংবচা কনাগুম্ববু ঙাইয়োয়নদনা মদোম শিংলেন থম্মাল থিগে লাকএ। কোলোয় মমিংথোংনি নন্দ কুমার কৌএ হায়না পাউতাক্লবদা ভৌয়িগীদি চেংলৌ মশক উগে য়াঙনা পাউকৌথোকলুও হায়রবগা নন্দকুমার লৌশিংবনা মালেম লয়দা পক্লা পুরুমলে। চেংলৌ মশক উরবগা খোইমোম পূক্লিং হয়াউথোইনা চেংলৌ মাগী মিৎয়েং মক্কুবানা নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা চাম্মনা কুমার সনা মথোঙখাদা য়োয়না থোগল্লক্লেন হায়ববু শংশং উরবগী চীংঙু পূক্লিং হয়াউ খোইরে হায়দবরা?

ভোংখম্ পরিজাৎ শিংলেন-লৈ কুয়াউ অঙৌবগী মবুংঙো শিক্ষর মিৎয়েং ভাংজুম্বনা হে নন্দকুমার! খোইমোম লাইপোক ফাওরব-ও! ইমোম্ লৈমা অহেনবী অসিবু থম্মাল লৈয়োম্লংগী মদোম নাউনৌএ। অঙ্গবু কোলোয় মমিংথোংসু শিংলেন থম্মাল লৈদবা-ও কৌএ। চীংঙু ঐনা নাউয়োকচৈএ। ইমোম

অসিবু নন্দকুমার নভিক্লবা মহাক্নে। লাংওল নপোক থুদিংদা মহম্ন লন্ ওন্ মনগী নিংথৌ সনা পল্লু ওক্কৈঙেনে। কোলোয় নশজ্ঞায়দা পুনশি মতাং শাংনা পানমক্ক-ও! অশাউ, অরেং, মেক্ক কল্লক পূম্নামাবু লৈতন। লাইজা ঈরীক্ক লাই শিদবগুম উনবী পুক্লিংলূ শমু হকচাং শেংনা পাল-ও! বারানসী সনা লৈবাক মুংঙাইবদা ইগোম অসিগুম্বী অহমগুন। নিংথৌ নঙগী নাক্তা থাক্কৈঙেনে।

লৈমা কোলোয় মম্নি'থোং অমদি মিয়াংদা চামেল লৈমা-ও কৌএ। লৈমা মমিংথোং অমদি চম্পা লৈহাউ লৈমা কৌএ। ইমোম থম্বাল লৈয়োম্নুংগী নাউনৌবী পদ্ম থম্বাল লৈনিংথিবী অসিনা লৈমা লুচিংবীবু ওইহল-ও। চামেল লৈমা নিঙথিবীনা লৈমা য়াইমবীবু ওইগৈঙেনে। শিংলেন লৈহাউম্নুংগী নাউনৌবীনা লৈমা শুপ্পা ভোনবীবু ওইগৈঙেনে। থোইমোম লাইগী মচা অহুম্মা অসিনা বারানসী মু ঙাইবা থোইমোম লাইরৈবাকুম্বা অহুদা মুজা মীকোক লেপ, নমু-মী মরেন ভোংনা পানফক্কৈঙেনে। বারম য়াইক্ক থোইবা অমনুং সনা লৈবাক মুংঙাইবা অহুগী শমু পাং-শোয় নীকপা নাকোং য়াভা পঙ্বা চেংলো মঙম শোয়বা পুম্না-মাবু লৈতনা মুংঙাই মরাং কায় পুনশি মতাং শাংনা পাল-ও হায়না থৌজাল পুংবু লেম্না অসুম লনকুরবদা থোইমোম লাইশঙ্ অয়ানবম্নুং মালেম লমদা তারকলে। মমোম থম্বাল লৈমনা পম্মৌ মপা চৌঙ্ঙু নোংথৌ সয়ারেনগী সনা থুম্না পায়না পুক্নমথিএ। মিংলোং থম্বাল মানবী অনিমাদা মূক্তা পরেং

শীনশুম পিরেম থক্কমাদনা পান্থো ইপা ইবুংঙো শিক্ষর কোনথৈ অতাম্বগী মিংয়েং তাংজুম্বা নঙ্না মথোম ঐবু শিংলেন থম্বাল লৈয়ে ম্নুংগী নাউনোরকথৈগী মথৈবু চিঙাক হাউখোইবা খৈবিকপু ঝাংহলদনা নাউয়োকপিরকপগী নমু মাওই চচথোক্লে। হৌজিক মতম অসিদা ইপা চৌংঙু নোংথৌ সরাবেন নঙ্সু ঙুংঙাই মরাং কায়না পাক্লোরে! শিংলেন লৈ উমং সুংঙাইবসিদা লৈরিবা খোইমোম্ লাই অয়াংবা পোনবা উচেক খ্রাউরো শা পুম্নমা নখোয়সুং খোমনৌ ইতরোইশুম চান্নবা শিংলেন লৈ শু পামেল উ রা, খোয়মা নাপী শা বা নখোয় পুম্নমাসুং সুংঙাই মরাং কায়না লৈরোও! থোজাল নঙখোয়গী নমলকুনা ইশাবা নন্দকুমার থোইখোইববু তানফংজরে। ঐসুং শাবা হৈনা মতুং ইনথিরগ। অসি কোরৌ সুমিংমাগী মথৈবু চেংলৌ নঙ্খোয়বু শকউনরোই হায়না পাউমেলম্নবগা লৈম অরোং অনিমাদি থোইমোম লাইশঙ সুদা ফমফমলে। চৌংঙু লাইশঙ্ সুংঙাইবত্তুদা হে পলেম থম্বাল লৈরম মঙামা-ও! পালেম উমংসুং অসিদা নোংশাং মথোই তোংনা লৈরৌও হায়না পুরুম্নবগা কোরৌ নোংলোম্ভক্রা চেংলৌ মিংপু লংনা পাইথিরে হায়দবরা?

পামেল উমংসুংদা লৈরৌবা থোইমোম্ লাইনচিংবা থবায় নিংশা পানবা খৈবিকপু সুংশি মথৈ লৈতনা মীকপ্নরোএ। পামেল উ রা, খোয়ম নাপী শাওবী, শিংলেন লৈ-শু পুম্নমাসুং সুংওল লিয়েংননা মদোম মদোম মীকপ্নরোএ হায়দবরা?

———

## মঙাশুবা পন্দুপ

নন্দকুমার মতৈ মনাউদি শিংলেন চামেল লৈমগী নাক্তা য়াইথুংলে। খোইমোম লাইগী মচা লৈমা নিঙ্থিবী অনিমাদো পলেম পীমাচাগুম চায়েএ। খোইমোম্ লাইগী মশানগন অয়োং মতৈ মনাউ অহুমমাবু মচেং হকমা ওইনা বারানসী লৈবাক মুংঙাইববু ইন্দানগে হায়বগী বারম মঙোল লোয়া পাউমেয়রবগা শিংলেন চামেল লৈমনা হে পম্থৌ শারেন নোংশা নিংথোও! পামেল উমং সুংঙাইবা অসিদা সুংঙাই মরাং কায়না লৈরোও! নমোম ঐদি ইপল নথৌজালগী অয়োং হৈনা মতুং ইনথিরগে। পলেম ইমা শিন্না নাউয়োকপী শিংলেন চামেললৈও! নঙনচিংনা লৈরাং মনম সুংশিবা নঙখোয় থৈবিকী শিংলেন লৈনম অথোই-বনা খোয়াং ইনৌহমগুম নাউয়োক্লকপনে। পোনবী উচেক, শাভুক, শাঙাঙ্, উ-রা, খোয়মা নাপী, শীঙবী পুম্নমা নংখোয়-সুং অনা লাইথুং চঙ্দ, পুনশি চেংজেল কুইনা য়াঙ্গোইরো-ও। হায়না পাউমেল্লবগা পম্থৌ মপা সিংহরাজা শানিংথোনা ইমোম চামেল লৈম-ও! শানৌ নতৈ ননাউ অহন্মাবু উনবী পূক্লিং তপ্না নাভাউ-ও। মালেম লৈবাক মপু ওইবগী নিংথৌ লমচৎ মহৌশাদি উনবী পূক্লিং লেপ্না য়াথং ব্রাচুম শূঙৈনে। নমু মীপূম থূদিংবু থৌজাল পুক্লিং পেলহলঙৈনে। য়াইবী কলহৌ-নীক্না পুক্লিং ইশৌ লাংফয়োই। লৈবাক ময়েং ভাঙৈনে। পীজ পাম্মুবা, পীনা হনয়েংববু তৌগুনো। খোইমোম লাইবু নিঙ্বা

ফম্বী অরাপ্পদগী লাকপা ব মোন শাগৈরেন চৈরৈ ভগবান্ শেংপা মরুপ অসিশিংদা থৌরম য়াংনা তৌফরোই ! পুক্লিং শেংনা চৎঙেনে। পুনশি চেঙজেল লোমদরিবমথৈধু সনা মরৈবাক্তা য়াইফা ননিং থমঙেনে। নিংথৌ ওইরম থানা সনা ফম্বীশিংগী লমচৎ মহৌশাদি পুক্লিং শকচাং য়াথং অহুম্মাবু ভংনদনা। মিংয়েং থৌগল শোয়কয়োই। সনা নরৈবাক পুম্নামমা হরাউ পুক্লিং চঙ্লবগা লৈবাক মরাক পাকঙেনে মাংলেম পাংশোয নীক-পিবোই হায়না। য়াহল্লগা শিংলেন চামেল লৈমনা মুংশি পুক্লিং চঙ, পিরেমথকমাদনা পলেম ইম, শিংলেন চামেল-লৈ-ও। নঙনচিংনা তলা উ রা পুম্নামা নঙ্খোযবু লোইদাম কুমজিল অঙনবদা শিংলেন থুম্-হুন, লৈরাং নাপুং ফায়এ। নোংলেন য়িনৌ তারক্লবগা তলা য়েম্লিং-শৌ, পামেল নাপুংকা, কোরৌ নোংলোন-ঙালনা মুংঙাইমবনে। উমং ওইনম্বা অসিদা লাংহৈ কুমশিং য়াম্না য়াঙ্গোইরৌও কায়না পাউমেল্লম্নবগা থোইমোম লাইশঙ্ অয়ানবদি চেংলৌ মিংপু লংনা কোরৌ নোংলোম্হক্তা পাইখিরে।

লৈহাউ উমংলেনবু য়ৌরবদা শিংলেন লৈয়োম্লুংগী নাউনোবী অহুম্মাদি পলেম ইচু শিনয়োমলুংগী পোকমমবগুম হরাউ পুক্লিং পেলমমরে। চেংলৌ শক্তোয় ম্নেনববু থোইনদে। তুলা চাংমিংগুমগুম শোম্লনদে। পম্ম থম্বাল লৈংলা হে খে ইমোম লাইগীমচা। পায়মা লৌশিং খেইন, মপোক লন্ওন্ চাউবীশিং-ও। শাংৌ ইচিল ইনাউ অহুম্মাবু লম্নক অতাম্বা নমু কনাগুম্বু চেংলৌ শকউদবা

ভাইবং মীখোঞ্জেনবু ভাদবা, পামেল উঁমং অচিকপদা শিংলেন লৈয়োম্‌্ংগী ইদোম ইদোম নাউনৌববু খোইমোম নোংদম্বা মরা-য়েলগী নন্দকুমার কৌবা খোইমোম লাইপোক অথোইববু ভান-ফংজরে। হৈনা মভুং ইমা বারানসী লৈবাক সুংঙাইবদা পাম্‌মন্নরুসে। মচেং হকমাওই, লৌশিং পুকমান্নন। শাবী কোবৌ ইনোংথৌ নন্দকুমার সনা মথোংগুথাদা য়োয়না থোৎপমগরুসে হায়না পাউমেন্নরবদ। শিংলেন লৈহাউ লৈমানা পম্বো মপা কাউরেল তনবা নিংথৌদা হন্না হন্না পুক্নমথিএ। নমোম ঐবু পম্বো নঙনা, চিঙাক হাউথোইবা খবিকপু ভরা চাপুম শায়না নাউয়োকপিএ পাম্বো নরুমপালগী সুংঙাই মরাং কায়ববু ভান-ফংজরে। হৌজিক মতম অসিদা বারানসী লৈবাক সুংঙাইববু ইন্দ্রানথিরগে। পম্বো নঙ্‌গী মাকলৌরেম নন্দকুমার কৌবা অসিগী সনা মখোংগুথাদা, শানৌ ইচিল ইনাউ অহুম্মাবু য়োয়না থৌ-থলমক্করগে হায়না হন্না হন্না পুক্নমজরবদা কাউরেল তম্বা নিংথৌন কে ইমোম পেম্মাও। মোমম্বু সুজা তৈবীশিংগী হৌন মরবচস্তি পম্বো লাইজা ইছনবা পলেম হকশাং তুরৌলিং অনি-মাবু কোয়ৌ নোংজা থূদিং অকি পূক্নিং চঙ্‌না খনঙৈমে। থংলেন মাবু অয়োইববু খোইমোম্‌ লাইওইনমা পূক্নিং রাচুম শূঙৈনে থৌরম অয়ান চঙ্‌করোই। মালেম লৈবাক কোইবা সনা নরৈবাক পূমনাম্ব থৌজাল ভাইহেন নাইফরোই। থৌরম অওকপবু থম্না ধর্ম্ম লাইরমলেনবু চেংনা ভৌঙেনে। কোলোম য়াথং চুম্না শাটপ ভাইরী পুনবা, য়োমবু নঙাইম্নোই, য়োইহৈ নহিশাংশিংবু

থোজানবৈগনে। কোলোয় নমিং খীবা, লমচৎ মখেং তাববু তৌগনে। হায়না মমোম লৈম। অহুম্মাদা অস্তুম পাউমেলএ হায়দবরা ?

শিংলেন লৈহাউ লৈমনা হে পম্হৌ ইপা। কাউরেল ভনবা নিংথৌও! মমোম ঐবু ইপল চেংলৌ শকউদনা, নমু মীরৈবাক অতাম্বদা য়াঙ্গোইরুবগনে হায়না পিরেম খকমাদনা য়াথং হীক-হাইননা হন্না হন্না পুক্লমএ। থোইমোম লাইশঙ্ অহুম্মাদি কোয়ৌ নোংলেন পাইগে তৌববু নকচিল্লক্লবগী ভরং চেংলৌ মিৎপু লংনা মণ্ডাল নিঙথি থোইরক্লে। শিংলেন লৈহাউ লৈ-মনা লাইশঙ্ ওইরমথং, শিংলেন চামেল লৈমানা শারেল য়েৎলম-থং, নন্দকুমার থোইথোইবগা সনা থম্বাল লৈমপা অনি-মানা লাইশঙ্ য়ায়দা থ'না কোয়ৌ নোংদোল ছাল, শঙাইশেল মৈবী পাইবগুম, লাইশঙ্ খাক্কাংননা, পাইখিরে। বারানসী মরৈবাকপু নাত্তেনরক্লবদা মুমিৎ মণ্ডাল অরববু হেন্না পাই-রকএ হ'য়দবরা ?

ব্রহ্মতাং মরৈবাক্তী নমু পোংওইবশিং অহুনা মিরেম থাবু-থং, পায়মা নিংদে ল থুক্না হায়নশিএ। শিক্ষর সয়ারেন থোইমোম কোনখৈ অতাম্ববু কূয়ক্লবয়া থোরম মংতৌ ওহ্লোকপা, দেবাক পূয়া ছানবা অ'সঙ্গবু ঊথোক্লক্তে। লহানোং খয়াং পাপল-লোন, ইরেং পুপানলোন্দম্নুং নাত্তায়ক্তে হায়না পাউমেরৈএ। নমু কনাগুম্বা অমনা নন্দকুমার শিংলেন থম্বাল লৈখিখিববু মালএ হায়নবম্নুং য়াউএ। নমু মীরূপ অয়াম্বনদি কোলোয়

মগুগী নপাউমেল অসিবু য়াথং অরেম্বনে। নন্দকুমার লায়র অতোন তাবা অহৃদি নরিরোইএ। পমেল মমা পাঃহাং নোংচেং ওইবা চেংলৌ নিংষম তাগুবী মপাৱী মাগুম্বনদি লাইশঙ্ মিংপু লংবা অহুম্মাবু করম পূনা লাকবনো? চীংঙু অশেষবা খোই-খোম ব্রহ্মা লাইম্নিংথৌবুনরিগুনে হায়না বারানসী লৈবাক মনিম্নাই লোইমোম ফৌ কবোক অপ'নখগা, শিংলেন লৈস্নুংশিগা শমুখুঙা শূনা ওাইথমলে। মনি মানিক থাম্বা থোইমোম লাইশঙ্ অয়ানবদো মালেম লয়দ তানা বাইথুংলরে। বারানসী লৈবাক মু'গুাইবদা লৈচম্বা খৈবিক্র খোমলেন মঙ্লানচানগুম্ উনবীপুক্লুং গুক খৌরম থঙকাংগুমদনা পুক্নম্নগুমএ। খোইমোম লাইপোক শংশংবা নন্দকুমার খোইখোইবনা লৈমা মশানৌ অহুম্মাদা পাউমেনথিএ! নন্দকুমার ঐদি ব্রহ্মতাং ইনিংথৌদা বারম পাউদম্নুথিগে হায়না খোগুকাপ তপ্না থাংনা চগুথিরে। খোইমোম্ লাইশঙ্ অহুম্মাদি লৈমা মিগুথিবী অহুম্ম কা য়াউনা অতিংঙা নোংলানপান্দা হনথংথিরে। অরোং লাইবু নিঙ্বদি নিংথৌ সনা মথোঙ্থাদা মালেম লয়দা পক্না পুক্নম্নুরে। হে নিংথৌ অখোইবা। বারানসী লৈমাব-ও। নদাইরেম ঐনা নিংথৌ সনা নয়াথংগী শিংলেন থয়াল লৈথিক্লববু ইয়ান ওন্দেরকলে হায়না বাকৎচববু মালেম লৈবাক কোইবা পুম্নমানা নন্দ কুমার চৈরৈ মফিশেৎপু হেরা, মনি, মানিক থাম্বগী উনবী পু'ক্লুং গুক্না মিৎয়েং শা·খৈনৈএ হায়দবরা।

নন্দকুমার কৌশিংবনা বারানসী ইনিংথৌ ব্রহ্মতাং লৈমাব-ও! নদাইরেম ঐনা নিংথৌ সনা নয়াথংবু মুদ·থোংনা শিংলেন

লৈরেংশি চৎলুববু থম্বাল মকা চাম্পা শুবদি লৈতুমদে। লৈমা নিঙথিবী অহুমদংবু লমওক্কুকইএ। লৈমা কোলোয় মমিংথোং অমদি চম্পা লৈহাউ লৈমা-ও কৌএ, লৈমা নিঙথিবী অমদি শিংলেন চামেল লৈমা ও কৌএ। লৈমা অথোইবী অমদি পদ্ম থম্বাল লৈমা-ও কৌএ। মোংদোল লাইনুরাগুম্বী অহুম্মাবু নিংথৌ সন নখোঙ থাদা পুজরকএ। সনা য়োংকে মুংগী পনপাল্ মরোলমাদা লৈরৌএ। পুকপাথারেনা পাৎলেম য়াই-ওইবদা পানবা সনা য়োইথম্বাল লৈকা চাম্পা শুবা হায়ববু অসিনখাইরে। লৈম' পূক্কিং চরাউনবা নিংথৌ সনা নখোঙ্ লেপ্লনা লমওকপি-ও। হায়না বাকৎলবদা এম্মা'ভাং নিংথৌ-রেন্সি হরাউ মথৈ লৈতরে।

নন্দকুমার লায়রা অংভান ভাবা অসিবু লম্লক অতাম্বা, খোরমা নায়োম্লক পাংমেল উখোঙ থাদা, প'নবা চিনগোই-চল্ কৈরেল য়াখোং পীনা নোংমল্লুগুনো! খেংইংথোম লায়ইহিংচাগী লাইমু থুংথুম চন্না মদোম নোংহাযগুনো হায়না খোশীথিববু নিংথৌ ইমান্নবা সনা চোঙলেন থানবা কনাগুম্বনা ভানফংগদবা কোরৌ লাইনুরাগুম্বী লৈমা অহুম্মাহুম পুরকএ। নিংথৌ ঐবু য়াইফ মথোই ভোংও হায়বনরিঙেনে। অসুম নিঙথম্লবগী পূক্কিং হরাউ থোক্লিনা হে ইদাইরেম মালেম লৈবাক কোইবশিংও! নিংথৌ ঐগী কুম্মৈ লৈতেং পোং, সনা থিরোয় লমঙানবা লাঙ্গাই মোইরাং-য়া কৌরৌ নোংশমকোন পুংজাউ পেরে, মোইবুং, শিংকা কাঙ্গল্, মোং নোংটেন পুংগু পুংলাই মশিঙ্ শুনা নিংথৌ

পোৎলোয় পুন্নমাবু য়াম্বনা শংলৌ থৌরাং ও! বারানসী পুন্নহুপ্ লৈবাক মনিন্নাইনা লম্ওকলুসে হায়না পাউমেল্লবদা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা মালেম লৈবাক কোইশিংনা য়াঙ্না থৌরাংলে। য়াংলৌ লম্বাল অনিমাগী লৈকায় থোঙজিল খুদিংদা পুন্নুং লক্সুয়ুং তাউজিং চুপাল-থা, লাইজা পুনলাং ইমায়চোল ·চকমোম থাংমৈ-থান, লাইজা ওইনম্বু ফুরেল মশাং থীঙমদা কোয়ৌ নোংলুপাল্ সনা কোনলাংচানগী কোকলৌ মরেংখিন, বামন শাগৈ লুচিংবা ধন্যা য়িম্নাক খুনবা পুন্নমান্নুং চৈরৈ ফিনৌ শেৎলে। সনা কিয়াং হেরা, মণিক থাম্বুং ফিরোয় মঙাল নাই লাঙ্গোই শগোল লৈতেং শেম ফিরাল লমহাই নাই, লক্ষী পুন্ন'-হুপ্প, পুন্নুং লানপোৎ-শেৎ, তিমেন মথৌ-হেন, থঙলেন মরাইফবা, খৈবিকপু মশীং শুনা নিংথৌ সনা শাগৈরেল তুলাই লেংদম তোংববু থীঙমদা, মালেম লৈবাক কোইবা. নিংথৌ চাম্মা মান্নুং চৈরৈ ফিনৌ-শেৎ, য়াইপুং মনিন্নাইনা নোংহাম্লবদ ব্রহ্মভাং নিংথৌরেন্দ সনা ফিরোয় মঙাম্নাই তুলাই লেংজাউ-তাং, সনা সেকপিন থান্না অরাং নোংম-দোন্দা তোংলেং কুপ্তুম কুপ্না পানবরক্তা লোইদাম থানিংথৌনা য়ায়দা লংনা থাবল মঙাল নাইবহুগুম্বু ব্রহ্মাভাং নিংথৌরেম্না য়ায়দ-লাং লৈবাক মনিন্ নাইনা লৈমা অহুম্মাবু লমওকে হায়না সনা য়াইকোমুংগী পনপাল চৎথোক্লক্লে। ব্রহ্মভাং নিংথৌরেমচিংনা নিংথৌ চম্মা মাগা মালেম লৈবাক কোইবা নমু মীশিং থীঙমদবা পুন্নমানা খোইমোম লাইশঙ্ অয়ানবা অহুম্মাবু উরবগী পুক্লিং হরাউ খোইরে। নন্দকুমার অথোইবনা

হে ব্রহ্মতাং নিংখোরেলও। নদাইরেম ঐনা পুরকপা খোইমোম লাইশঙ্ অহুম্মাবু মাংলেম লৈমায়থক্তা পাউকৌখোও! লৈমা চেংলৌ শংকায় হেনবী অহুম্মাবু সনা মঙ্গী শঙ্গায়মুংদা মুংঙাই মরাং কায়না পানমম্মৌও হায়না পাউমেঙ্গবগী ব্রহ্মতাং নিংখৌ-রেন্দি পূক্লিং হরাউ খোইনা হে লৈমা নিঙথিবী অহুম্মাও। নখোয়বু লাউও। খোইমোম নোংদম মখৌথাগী ইদাইরেম নন্দ কুমার লৌশিনবা পুরকপনে। নিংথৌ ঐগী সন শঙ্গায়মুংদা চঙলসে। বারানসী হবৈবাক ময়ুং মফৈ চেংপৌ মিৎয়েং য়াথৈ পাকপা অসিদা মুংঙাই মরাং কায়না পানখম্মসে। চোয়নৌ সনা লুপা ফিগে ফিরাং, লাঙ্গোই শগোল, শামু পুংবু লেমনা লৈএ। নিংথৌ সনা চোঙলেন থানবা চম্মনা নিংথৌ ইথে ঙ খাদা য়োয়না থৌখলএ। য়েক্ল পাউনৈ চেনবা খৈবক্লা চঙ্ফদে। সনা ঐগী সিংহাসন অরাংবা সনা সেকপিন খাদা পানমম্মসে য়াঙনা কূপকও। চুলাই লেংঙাউ ঙোংনা কোপোয় শঙ্গায়মুংদা চঙলসে হায়না মতৌ নিঙথি খোই, য়াথং অথুম হায়না হন্ন কম্না পাউকৌববু খোইমোম লাইশঙ্ অয়ানবনা মালেম লয়তাবিরক্তে। অনৌবগম কোরৌ নোংলাংপান্দা বাংনা পাইথৎখিএ। বারানসী লৈমাবদি পূক্লিং লৈচাক খোইনা তাংজা ইকাই চঙসকলে মদাইরেম বারানসী পূম্নমাগা নিংথৌ চাম্মা মাদা পাউমেনখিএ। নিংথৌ চোঙলেন থনবা চাম্মা মাও। মালেম লৈবাক কোইবা পূম্নমাক্সুং খোইমোম লাইগী মচা লৈমা মতিক চাউবী অহুম্মা অসিবু ব্রহ্মতাং নিংথৌ ঐগী ইথিক নগববু

ওইরে। ইদাইরেম নন্দকুমার লায়রু-অভোন-ভাবগী মপোক লাংওন থূদিংদা দান ধর্ম্ম তৌগমরকপবু ওইরবদি নন্দকুমার লৌশিংবনা পাউকৌরবগা কুপ্পকইগনে হায়না। হে ইদাইরেম কুমার লৌশিং থোইবও! নিংথৌ ঐনা ভলা উগং ওই-নম্বদগী থঙ্‌লকপা শিংলেন লৈম্নোম্নুংগী নাউনৌবা অহুম্মা অসিবু য়াথং অহুম্মক শুনা পাউকৌববু কুম্বিরক্তে। লাইশঙ লম্ভারক-পবু হায়দবম্নুং থোঙচি নাতৈ কাঙ্‌না মিৎয়েং শানথৈবিদে। নিংথৌ ঐগী শমু ওইরম-থানা পানমম্লোও হায়না নোংদম্লকপবু মান্দে। চেংলৌ মিৎয়েং চাম্ম লাপ্পা লমদম্‌ অভাম্বদগী নঙনা পাউকৈরবএ।. লৈমা অহুম্ম। আসবু মপোক নঙ্‌গা লাংওনমম্লবা ওইরে। কোরৌ নোংলোম্বকী পাউকোথোও। শমু নঙ্গী ওইরম-থানা পানমম্নোও হায়না। পাউমেনববু অরোং লৌশিংবনা হে বারানসী লৈমাব ও। লেমা অহুম্মা আসবু নিংথৌ নত্তিক ওইএ হায়না পাউকৌরকপনে। লায়রু অভোন ভাবা ঐদি লৈমা মত্তিক ওইরবদি নিংথৌ নঙ্‌না ঙাকপিও হায়না রাকৎচববু ইদাইরেম মপোক লনওন্‌ চাউবা নঙবু হায়গুনো। পদ্ম থম্বাল লৈকা চাম্ম শুবদি ভাইবং নোংশাপাম্দা। লৈতে হকচাং লাইচি পরৈথোক্লা। নদোষ নোংমল্লুগুনো হায়না। থৌশীথোকপবু থবায় কনাগুম্বনা তৌগমদবা থোইমোম লাইগী মচা অহুম্মা অসিহুম পুরকএ। মপোক নঙ্‌গা য়িমদিম্নরকপবু মওইরে হায়না। নিংথৌ পুক্নিং রাচ্‌মশু, য়াথং থাংখৈ নাইনা। পাউমেল্লবদা নন্দকুমার লৌশিংবনা য়াউরৌ শায়ম্নক্তা সিংহ রাজা শারেল নোংশা,

সিংথৌনা কোইজবহুগুম্লক্লে। মতম অসুন ওইবিদৈ বারা৽সী লৈবাক অয়াম্বা, নিংথৌ চাম্মামান চিংনা নন্দকুমার লৌশিংবনু 'চীংঙু নোংথৌ সরারেনগুম লৌশিং পূক্লিং' ঙকা। য়েংনরে হায়দবরা। অরোং থোইথোইবনা হে খোইমোম লাইগী মচা অহুম্মাও! শানৌ ইথৈ ইনাউ মরীমাবু চেংলো শকউনরসে লাউও হায়না পাউকৌববু নাতারবগা থোঙচি নাথৈ কাঙনা মিংয়েং শানথৈথরকএ। শাগৈ লেংনা তিনবরক্তগী মীপোক থোইনা চঙথোনবনা নন্দকুমার থোইথোইবগী মমাঙ শংশংবদা তংবকলে। শানৌ মথৈ মনাউ মরীমাদি থোইমোম লাইশঙ মুংদা চীংঙু নোংথৌ সরারেনগুম্ ফ৲ফমলে। অসুম ফক্ষম্বু ব্রহ্মাগী নিংথোরেম্মা চেংলো মিংথিংলবগী ইকাই ভমথিববু অমন থমলাইদমগুম্লে। খোইমোম মশানওন কুমার থোইথোইবদি খোইমোম লাইগী মচা চামেন লৈমা অহেনবীগা লৈহাউ লৈমা ঙিংথবীগা অনিমানা শিংলেন থম্বাল লৈবু থংনা শূনা পদ্ম থম্বাল লৈমগা অরোং নন্দকুমার শানৌ মথৈ মনাউ মরী মাগী মঙাল অরাবনা বারানসী লৈবাক পুম্নমাদি সুংঙাই চেংলৌ মিংকোয় থল্লবগী মিংয়েং থুকম হোংনিংদে। চীংঙু ব্রহ্মা অশেম্বগা বিষ্ণু লাই মরুগা অনিমানা কোয়ৌ নোংলাংপানগী কুমথরকপগুম নমুপোং ওইবা পুম্নমানা পূক্লিং হরাউ থোইরে। শিলেন লৈয়োম্লুংগী লাউনৌবী লৈমা অহুম্মানা অরোং মশাবীবু কোয়না ফমফমএ। সনা শমফিহুক, হেরা মনি, মনিক থাম্বা থোইমোম লাইরেবাকী লৈতেং পোংলোয় খৈবিক্লা তওপ তরেং চেংলৌ

মিৎপু ঙকএ। পক্ম শিংলেন থবাল লৈমা অহনবীমা পাম্না তপ্তাই লালএ। শিংলেন চাবেল লৈমনা হুপাই থুত্তা শূনা মালং অচিক থেমএ। চম্পা লৈহাউ লৈমনা কাঙহাই মিতম থলএ। কো'য়োম মথুৎশি, সনা থোংজি মখোলনা, উনবী পুক্লিং হুমা হুংনৌএ! অয়োং, পায়মা উনকে য়ম্পুংদম্পুং শিক্ষর সরারেম্না লনকুবিবা অভাঙবনে হায়না পুক্লিং হরাউ থোইরে। বারানসী লৈবাক পুন্নমানস্থ অয়োং মতিক য়েংনা পুরুম্নরে। ব্রহ্মভাৎ নিংথৌরেন্দি ভাংজ: টকায়রবনা হকচাং মৈচাক থোইরক্লে। নিংথৌ ঐগী বাথল অরানবা, থৌরম য়েক্ল-রানা নমু মীপুম্নামাবু মাঙশুনো! শঙ্লৌ থৌরাংবদি নোংপোক চকলাই থাঙ্ তোনকোনববু থাজোল থুত্তা শূনা কাওরেল শনবু রৈবদা ভাংজা মথমগী লুয়েন-তোনবু শমথৎপগুম নিংথৌ ইথমগী শমু ইহকশাংবু মাঙনবহুম্ ওইরে। সনা ঐগী শজায়ম্পুংদা হজিল্লরোই। নন্দকুমার থোম-লেন মণ্ডলামচানবু পুরোহিত ইনাউয়ে'ক্কা থোমলেন মঙ্থনবাদি থৌরম অসি মওইরে হায়না নিঙথম্লবগী ভাংজা মরাইবকপু শমু থুৎনা-নম, থমোম খুহুব মৈ, থিকলেন থাবু কায়না মদোম নোংমল্লে হায়দবরা?

নিংথৌ থরাম মথিয়েন্দি থোইমোম লাইবু ওইনা অরাং কোয়ৌ নোজাথিরে। কতমা কূয়া লাইমরুনা হে সেবক ইপারী-শিংও! উনবী পুক্লিং তপ্না নাভাউও। মালেম সনা লৈনেমথক অসিদা ভাইবং ওমা ওম্না পোকপা থরাম হমা হমা শিবা অসিবু নমদা হম্মা নির্বান কথী অচীকপবু তানকংজগে হায়না

নিংজরিবশিংও ! নখোয়বু ঊনবী পূক্নিং লেপ্পা নাত্তাউ-ও। মতম অদুতেদা বারানসা লৈবাক কোইবা পুম্নমাক্না মিঙথম্লে। ব্রহ্মতাং ইনিংথৌদি খোইমোম লোংদম্ মখোথা চেনফদবগী কোরো নোজাখিরে।

হৌজিক মতম অসিদি নন্দকুমার অরোং লাইপোক শংশংবা অসিবু হেম্না নিংথৌ সনা পল্লু ওইগদৌবা অমা ভেমা লৈভরে হায়না নিঙ্খৈএ। বামন লাইরিক হৈবা পূক্নি, লাইবু নিঙ্বা শান্থে ফিম্নাক থুনবা, মালেম লৈবাক কোইবা পাম্না লোৎশিং থোইবশিংনা সনা কম্বাল হাওকদে। বারানসী নিংথৌরেলবু ওইগদৌবা অরেপ্পা মহ'কনে। নন্দকুমার অথোইবগী মভিক অকুবা অসিগুম্বু লহান মাঙ্দা নাক্তারক্কে। চেংলৌ মিংনস্থং উরক্কে। ভীংঙু ঐথেম্নগী লাইবক কথনা কাউম্নবনে হায়না বারানসা লৈবাক পুম্না ভিম্না পাউমেল্লে। নিংথৌ সনা চোঙ্লেন খানবা চাম্মা মাগা মালেম লৈবাক কোইবা পুম্নমাক্না নন্দকুমার খোইমোম লাইপোক, কয়বও। বারানসী লৈবাক মুংঙাইব অসিগী ময়াম্ন কোররেন ভোংনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইবিও হ য়না পুরুম্নবগা হোয়দা ম লেম লৈবাক কোইবা নংথাম্ন পুম্নমাক্না বারানসী লৈবাক্তা বাক্তা নিংথৌ ওইও হায়রবদি খোইমোম লাইগী লোংদম মওইরে হাক্না হোয়রারে। বারানসী পুম্নমাদি পূক্নিং হরাউ থোক্লা খোইমোম লাইবিং শোললে। পূংঙ্ লাইবু নিঙ্বা বামোন শাগেক্কেন বারানসী লৈবাক অম্নুগী পাম্না লৌশিং থোইবা পুরোল কনী থঙ্বশিংনা নিংথৌ ওইভ

মনাউ মরী মাপী থরায় মিকোলচিলএ। পুরোহিত মনাউয়োক্না লাইজা ঊকুবিরে। থোইমোম লাইমিংশোক্ল লাও্‌টৈহ কুমশিং চাম্মা শুনা পুমশি চেংজেল কুইও। অমা লাইথুং চণ্‌দনা নিংথৌ চাকচা লোম্বও হায়না থৌজাল ললকুবিরে। থোইমোম্‌ লাইবু নিঙ্‌বা থৈবকপু খাক্কনা নিংথৌ সন মহাকথক্তা লৈবাক মচা য়ে কুম তেংনৌ চিদাই নাইদা খালেম পাংশোই মীক্ত, মিংলেন নোংশাং পল ওইনা মায়কৈ নিপাল মাবু শমু খুংথুব্‌ চল-ও। লাংকৈ কুম্বশিং চাম্মা শুনা সনা সিংহাসন্দা মজল য়াইক থোইও হায়না ললকুবিরবগী অরোং মতৌ মনাউ মরী মাপি সনা ফম্বাল লাংদা তোংখম্লরে।

য়োইবু লেংন তিন য়োইহৈ লেংনা কাংখীশিংনা নিংথৌ লাইপোক মন্ডিকখণ্ড্‌ লৈমা মঙল য়েংনা য়োয়না থৌগল শোয়-দরবগী মুংঙাই মথোইতোংনা পায়ে হায়দবরা? মতম অহূতৈদা নন্দকুমার অথোইবনা সনা চাংদোললেনগুম্‌ নিংথৌ চাকচা অয়াম্ববু শমু খুত্তা-থুম, লৈবাক মনিন্‌ নাই, মুংঙাই মরাং কায়না থোইমোম লাইয়েবাক্তুম য়াইক মথোই তোংলে। য়াহানাদ সেবক মপান্নী থোইমোম লাইপোক ফাউরবা নমু মীপোক ওইরিবা পুম্নমা নওখোয়বু উনবী পুক্নিং ওপ্পা নাতাঙ্গিও। নন্দকুমার বারানসী নিংথৌরেম্মা পলেম নমা পোকমাবীবু অবা পোৎলুম-পু মুংশি পোথা নাইদনা লৈঙবী অহুবু মরান অতোন তাবা য়িমদগী য়াঙনা পাউ-কৌবলুরে। মহুইরোল শিংলেন লৈয়োম্‌ ংঙ্গী নাউনৌবী চেংদো শকোয় হেনবী অহম্মাপা শানৌ মতৌ মনাউ

মরীমানা মানবী থৃদপ্পনা পুরুম্নবগা থৃৎচেং হংচিলাক্লা লমওক্লে। শমু পালোয়ননা সনা য়োইকোনম্বুংদা য়াচংমমথিরবগা মচ্ছই-রোল খোইমোম লাইগী মচা লৈমা মতিক চাউবী অহুম্মানা মমান হম্নু ময়াইকাব। চেংলৌ মিৎথোং মম্নবী অত্তবু লাইজা য়িগা-লুম উতি শমখোংশেং চেঙহি শম্নকথায় হকশাং ছুখোং-নোই, ইরাং পুমকারোম্না ইরু শান্দেংবিরবগা মচ্ছটরোল অহু-ম্মাগী মতিক অরূবনা মমান হম্নু ময়াইকায়বী. য়াংলেন লাইকা-খোয় শিনৌ কুরাং-থুপ, শম্লাং য়েনপোক খোক্ল' চেংলৌ মিৎকম ভাঙবী অহুদি য়োইময়াই লাইরেল ভাউদনবনা নোং-পোক মবাইভাগী খেনকায়ক্লবগা মায়কৈ পুম্না ভাম্নকপঙ্গুম্ববু চেংলৌ মমিৎ অনিমাদো শংশং পাংথোঙলক্লে। খোমম্নু নুহৌ ভোংঙুম হেলহৌরক্লে। লহান পাখেল চুমলৈ মহুম্নক্ মুবা লাংচেং মকায়কচৈঙগীগুম্ চে'লৌ মিৎকোয় থম্না নৌহৌরক্লে হায়দবরা ?

বারানসী লৈবাক ফুংঙাইবদা লৈরিবা চেংলৌ মমিৎ ভাঙ্বা, শমু মখোঙ ভেকপা ভাঙক্লা মরৈলোম্বা, মাকোং বা-ভা পঙবা, লাইথুং পোৎলূম পুরিবা থৈবিকপু থাক্তনা চে'লৌ মমিৎ উরে। মাকোং বা-ভা শেংলে। ভাঙ্জা মরৈ লোম্বা, শমু পাংশোয় মীক্ত. অনা লাইথুং লৈতনা পাম্নে হায়দবরা ?

চৈরৈ ভগবানবু কৎনা মপোক লহোই ভাম্নকপা নন্দকুমার শানৌ মচৈ মনাউ মরীমাগী য়াইক মিংলেন অখোইববু বারানসী চম্নুরা, পাখং লেংনা ভিনবা পুম্নমানা নুংশি শামৈ লেন, চিনবান

তায়িখোং, অশৈ খৌনমান শক্না তেংথানরে। নন্দকুমার খোই-মোম লাইপোক শংশংবনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইরবদা কোয়ৌ হয়া কাংদ, কুম্বী য়াইচেং নীঙ্কে। ভরা চাথং লামদে। চৈরৈ অয়িন তামদে। নমু মীরেন হাঙদনা খোইথোম লাইবু নীঙ এ। চীঙঙু লাইরমলেন মঙামাবু চেংনা-পায়, ধর্ম্ম লাইনিং নিপাল মাবু থাদোক্কে। খোইগোম লাইরমলেন লমচৎ ভরা মাঙ্গুং চেংমা তোএ। কুয়া লাইমরুগী চীংঙু মতিক অচুম্মাবু উনবী লাইনিঙ চেংনা পামেল উম'মুংদা মচি লনমরুবু তেংনৌ শোৈজ লোয়া থম্বগুম চেংনা খোইমোম লাইনিং থাদোক্কে। নন্দকুমার শানৌ মতৈ মনাউ মরীমাগী লগচৎ মতৌ অসিঙম খোইমোম লাইবু মীঙ৪ হায়না খোইমোম কতমা কুয়া লাইমরু খোই-খোইবনা সেবক মপায়ৌশিংদা য়ায়ী মথৈ নাইদা শন্দোক্লমএ হায়দবরা? নির্ব'ন কম্বী অখোইববু তানফংগে হায়না কোয়ৌ নোংলেন পাইনা চংলিবাশিংও! চীংঙু কোলোয় ইপাউভাক অসিবু হয়া হয়া নাংভাউ'ও! মতম অচুৈঙগী নন্দকুমার পলেম মমা পোকমাবী, পাহাং নোংচেং ওইবী, চেংলৌ মিৎকম তাঙবীদো কলি হকথক অসিদা মহামায়া লাইরৈম্মনে। শিংলেন লৈহাও লৈমদি সেবক লৈমা খৈবিক্রী লৈমা ওইরম লুচিংবী অসিনে। পঙ্খৌ মপা কাউরেম তনবা নিংথৌদো, চীংঙু ঐগী চেংলৌ মিংকূপমরম থাইনরক্কে। মকয়ন সেবক ওইরম ফম্বা অসিনে। শিংঙেপ চামেল লৈমদি য়াইক কোলোয় মিংচংপী ক্ষেমা লৈমা নিঙথিবী সেবক য়েংলম লুচিংবী অসিনে। শায়েল নোংশা

নিংথৌদো শরীপুক্তু মরুপ জুচিংবা শায়েল য়েৎলম ফম্লিবা অসিনে। ভজকা পোনবী ভেনোই লৌশিংবদি শানৌ অনুবাদ কৌবা অসিনে। কোয়ৌ নোংমথ', মরোল অহুম্মা অসিদা মীপোক লাংওন লুয়রোই হায়না নিঙ্খল্লিবদি মখোয় অসি শৈবিকনে। মতম অহুগৈগী শিংলেন থম্বাল লৈমদি চিহুত্রা লৈমরেল শিদবী হুয়া অহনবগী পলেম মমা পোকমাবীনে। শিক্ষয় সরায়েন অহুদি অনুরাধা য়াইক মিংচৎলিবা অসিনে। বারানসী লৈমাবা নন্দকুমার অথোইবদি তাইবং মরোল অহুম্মাবু লানবিরিবা খোইমোম লাইমরু কতমা ফুরা অথোইবা এরনে হায়না কতমা খোইমোম লাইমরু থোইথোইবনা নন্দকুমার কৌরিগৈগী মপোক লাংওন-রাবু শন্দোক্লম্বা মায়ৌ সুংঙাইবা অসিবু পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা মৈদিংঙু মদাইরেম নোংয়াই থুমন-পাচা, থোংতেং মায় কম্বা কাঙ্ হাউশিঙমচিংবা মন্দো হাউ-ওইবনচিংনা মৈদিংঙু চৌংথোং থৌদাইরেম মচেং নোংদম-য়েনঙবা মরীমাপা। তেংথা মরেং-থি, য়াথং মতাখল লীওং চিন্দাই-খিনা শৈওংজরমএ। নমু মীপোক চঙখোনবা উনবী চাশূকবা, খোই-মোম লাইবু নিঙবশিংও। হৈত-লঙজ অমোন থৈবিকপু হম্না হম্না ভাকপি-ও। লোইয়ন নোংয়াই নাহা মন্দো হাউওইবনা শেনবী পারায়ী অসিবু পূক্লিং লাংপামজবগী শেমজরমএ। চৌংঙু লাইবক কম্বা, থৌজাল ভাকপিহৈবা নংখোয়না লঙ্জ য়ারৌ-বিগুনো।

ইয়াকমদি নোংথাল লুয়াং নিংথৌ পুনশিবা মরৈখঙ তাইবঙ পুনশি সূয়োম্না থোইবা মুয়া কুমজিং লোমথোং ভরুক য়াইচিনবা, চায়োল মঙা ভানফংবা শূয়োল মঙা নিনশিনবা পাথং কুম-জিংলোন লোনথোঙ্ মঙা ভানফংবা নোংপাল মপুনশি চাদরৈ লোনচিনৈ য়ামদরৈ চাইচিনৈ হোঙনেম লৈপুনশিবু ইমায় নোং-নেম লাইনা পাং থোংলেন অয়াং কৌবা চৌংথংলাং পাংবরমদা হয়িচা হয়া লাউনা কোনচিল্লমগে।

## অরোং নন্দকুমারগী শব্দার্থ খরা মখাদা পীরি।

পূর্ণব্রহ্ম—ঈশ্বর, পরমাত্মা। কল্পতরু—পুক্লিংনা অপাম্বা পীবা স্বর্গদা হৌবা উ মখল অমা। কৃষ্ণ ভক্ত শংশবা—শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজ স্না হাকক্তা শ্রীগোবিন্দবু নিরুপন তৌদুনা কৃষ্ণ নিঙথি। মরম অদুনা কৃষ্ণভক্ত শংশংবা হায়না খঙনৈ। তেথাউ—আসাম। খোংনাং—ময়াংগী লম, কাছাড়গী মীশিংগী লম! আইলাকান্দি—হাইলাকান্দি। ইঙা লৌখোংকানগুম্বা—ইঙাথাগী মকম খুদিংদা ইরম মচা লৈবদা লায়না লায়না কান-থোকপা গুমবগুম লোকলম কয়াবু লাইনা কানখিবা। পেরে মালেমকা—বেরঙ্গা (লম ১ গী মমিং)। মেনাংতনবা-হাখেং লাবা। শিমাং তানা তাবা হাইমাও থঙনদবা—মফম অদুদা শিখিবা মাঙখিবা, থিবা খঙনদ্রবা। খৌজাল তাহেন নাইদা—অচান মীরায় নাইদনা। শিনপু ফবা খাফম শিংগুহনবা—থবক খৌরম খুদিংগী শিল্লম গুনা লুচিংবদা ফবা। মনোংয়াই—মগুন্নুপা। ক্বাকপা থরানথাবা—অঙোম নিংথৌ খৌরান থাববুনি। হাউমচা চরাংখেম্বা—হাওমচা লোয়শঙগী। নন্দ হাউওইব—হবাইমমচা নন্দ। খামরন—খাগীগী লম। শেনবী পারারী সুংঙাইবা—অহল লমনশিংগী সুংঙাইবা বামী। সুমিং শিঙগুরবগা—স্নমিং মশীংগুরক্রবগা। ওন্দেরক্রবদা—হল্লক্রবদা। পোইরৈ রাপী অক্রবরু—মক্রওইবা চঙখোনবা রারম। শৈরিংও শৈরেং ওইনা শেমও। লাইরিক কিকুহুংদগী—লাইরিক ময়োম মহুংদগী।

লোনদৈযবু—মীরোলবু। কায়নৌ—থৌরানমিচাক বাম্বিথেৎ—ম্রাচেৎকী কলম। মৃকমৈ নাবিল শোম্ন লেংচিল্লকএ মুক্লা তপ্লা ২ ইয়ে। হয়িদৈঙদা—মমাংদৈঙদা। য়োইথোমৈএ চানবিএ। উনবী—পূক্লিং। অপক্মাবু—থব্রাম পামবশিংবু। নির্বান—অরান খুবম ফংবা. থোঙরায় শেম্বা—খোঙফম শেম্বা। কায়রৈ—ম্রেন। মরুমম্পুংচানবী—মচু। ত্রিমা:লম—মরোল অহুমক্তা মায়া শিক'লাং—মশক উদবা চৎনলোনগীলাং। কাদেংশীনবিশিংনা—মমাওঙ্টবীশিংনা। ইনৌহম্বগুম—হনবীবগুম। কোয়রেং হাউথোইদিং—থোইদিং। হনয়েং লৈরুদে—থোইনা থল্লুবা লৈতে। দিঙ্গা—হি। খুমুনৌগা ওইনা—নৌ ওইনা। কুরুশুংদ—ফকচিনবা লৈতনা। শিনৌ কূরাং নম্না তোয়নবগুম—হকচাং শিংনা নাননা মমতুনা। তম্রাঅম্রাংপা—চান থরুবা ব্রাংলবা। চৈরৈ অয়িন তাম্বা—শেংনবা, ইননবা ফি ব্রাংলবা। পূক্লিং অয়নবা—রাথল থেল্লবা। হক্তা—হকচাংদা। ঙাইরি—ঙাইশেনগী মম্বী। পুংবুলেম্বু—মরল—মথুম য়াম্না লৈবা। লাইয়ি য়েক্তা—লাইনা য়েক্লকুবা লাইবক্কী মম্রিদা। ইন্দনখিবা—চৎখিবা। কোইজা পোৎ পূম্নমাগী—চৎন লমচৎ পূম্নমকী। থুনলিংথৌনা—খুনগী মপু। পনপাল—মপান্থংবা পল। অপিশা—অপিকপা। থমাল লাহৈ-চিল—থম্বালগী মনানা কুংনা ইনশিন্দুনা লৈবগুম। থমচেৎ মমায় চোনগুমএ—কুংমা পান্নে। শাদিং—ফি। থাপলৌ মরিনশৎনা—মোইথাপ নাইবা। শিংজা খোনবী—মহৈগী লাইয়েম্বী। থৌকাউদে—থবক থৌরম পূম্নমক

কাউদে। চিনচোই পাউরান য়াম্বা—বারেম য়াচোই য়াম্বা ঙাংবা। য়াথংবাপৈ হায়বা—ওইদবা য়া ঙাঙবা। লোনম থুরোলাং—মীনম শোরিজনা মীবু য়ানবা শিনবা। শিনয়োম লানা য়োমলি-ঙৈগীবু — গর্ভ ফুংদ। লৈরিঙৈদা। ঙৈপুননা — ঙক চুম্ন। পুঙমদনা। হকচাং নোংথম চল — নিংথমচম্না। তরা চামন তোৎপা—হকচাংদা অমাংবা ঙৈবা। য়োন্দনা — শোয়দনা। ফেনচুতোক—ফেম্না ২ তাথা নোংনা তোকখিবা মতম। পুঙ্গু লাইনিঙবা (লখো-ইবা)। কণ্ডমা— গোতম। শ্রাং—শ্যান জাতি। থাংচি—হকচাং মচেৎ ২ লেন্দুন। মথোল্লকপী—মথোক কারকপী। পলেম পীম্না চাগুম—মমা অমত্তনা পোকপা মচাগুম। চুথলৈ মহুল্লকপী—চুপ্রিং চুম্না লৈহো ফনা হোরকপা উপাখী। মঙথঙ—মাঙ্গং। ইরান—লেফম। থমখু য়াইচেং মীক্লা—য়েংলু ২ থুদিং অবাৎপদা ওইবা। থোঙলেন থমখিবনহুম—মমশিল্লকপানহুম। শি.নী—লশিং: তাউথচংগ—ফংহনগে উনকোয়নুংদা—পুক্লিংদা। মায়থোং কুমচিন-থাং— মমায় মকশিনবা। লুমওক ঙমএ— লুমহুনা ওক্লমমি। মিপাই—মুংশা থিবগা লোয়ননা। মরানবায়থুংলরবদা—মযুম য়োরক্লবদা। লাইর অতোনতাবা—লায়রবনা হায়নিংঙাই লৈক্লবদা। শুংজিময়ে—তিময়ে। কোংয়াং বাপীহনবী—মচে অহনবী। তেমলাং থুৎখু থোইনা য়াঙনা—তেমথেং থুনা। য়োঙুম চিন্দাই লেংনা—য়েঙুমদা লংলেংহনা। মীচুথাবা—তৌফম খঙত্রবা। কনতৌ য়োৎকুমএ—অকনবা য়োৎকুমএ। শারিনচেনঙমএ—শাগী লিংজেলঙমএ। মিংথি বারৈচেন—

অথিবা মিংচৎনা রারৈ চেনবা। পূক্লিং চাচিন হিক্তয়বা—পূক্লিং অংশপ্পা নাইদরবা। পূক্লিং র চুম শূবী—অচুম্বতা ভাঙবী। ফি থূংশ — থুংনা শাবা ফি। পূমদালীক্ুম — মপূম ভাবা লিক্ুম। কাউথঙ লুয়োই ভাউগুংএ—কাউবীশিংনাং ভাউগুম্মী। শোংশিবা—কিবা হকথক—হন্দক। শংলৌ য়েনখা চাবা—অখাবা পোৎলম চাবা। য়েল্লাং শারি থংবা—য়েনশাং অশিনবা চাবা। হকচাং চৈরৈ কিওপ ভম—হকচাং অসি ফি থুম্নগুম কোম্না লৈএ। নাউনৌজগে—পোকচগে। লম্নিজয়ে—বয় নিজয়ে। চিংখোং য়াইমবীনা—মচে য়াইমনা! অরা মপৈ লানঙমদয়ে—অরা অনা নংবগী পল লাম্থোকপা ঙমদয়ে। তেকপি ওকশুম সুংশুমএ—কোয় খাজিল্লবা ওককী মতৌগুমএ। অরা হেন্দোক ঙমদয়ে—অয়াবছু লাম্থোকপা ঙমদয়ে। নাউনৌনিঙদয়ে—পোকনিংদয়ে। হিংতোন—ইংখোল। মিয়াৎলে—পুন্সি লেপ্লে। থরায় লাংওন নাইদনা—থরাই পানব তাইবং মী ওইরুদনা। ফম্বীরেন—লাইনিঙফম অচিকপা। ইমু শিনয়োমমুংদা—ইমাগী পিবুক্ুংদা। ভাউজিং হৈক্রু মরম পূঙরক্লবদা—ঈরিক ইথোমলকপগী হোয়কপা মতম পিকলিতৈ অহুদা। খৌরী ঙংকোয়চেং—ঙক চেংলকপা। তিলাং লৈরুমফা—তিল্লাং থানাংন ওনিং শানিং তৌরকপা। শিংলি পাফনমুন—শিংলি পূম্নমকী ঈচেলদা মুনা শংবা মচু ওইরকপা। থৌছু নুঙ্মেঙবা ওইনম্বা—চীংঙা লৈবাক্ুম ঙাঙনা থোৎপা চাবদা ওইনম্বা। থুংলেপনিঙদে—তোকনিঙদে। ভুমকনঙৈনীকএ—ভূম্বা য়ায়ক্তে। ইতিক ওইএ—অপাম্বা হায়বছু থোকএ। ময়ান—লৈকম, য়ুম।

লোনষ্মিম—লৈনবা য়ুম। বাইশুংকম কদ্বী নাইদে—অয়েপ্পা মকম নাইদে। য়াকয়ৈ—হি। তাংজা কোক খুগফি—কোকশেৎ ফি। চেংলৌ মায়ৈত ফি—রুমাল। শমু-খোঙদৈফি—কদি। য়াঙ্গোইজবযু—লৈজবযু কোনলোয় শঙ্গাম্ন ভোঙ্গা—লৈনবা য়ুমদা। মরেং লিকখাম তৈনা—লিক পরেংশা অরাও অখু ম্নাইনা পরেং পরেং শিবগুম মরোল নাইনা। চৈরৈ হেক্ক শেৎএ—উ মকুনা ফি ওইনা শেৎনৈএ। য়ারন খোংচিতাবু—য়াগী য়াতাবু। লিংঙোল চুদানৈএ অঙৌবা মচুদা ঙাংতক তৌনা নিঙথিজৈ কুমশিং—চহী। মচাউ হেন্না খোই-নদে—মখোয় পুম্নমক্কী চাউবা বাংবা হেন্নদে। পোংবাউ—মীগী মপাউ। লাংহৈ কুমশিং য়াম—চহী মশিং য়ামনা। সনা খাংখা শরীক্কা—সনা মচু মানবা অথাঙবা (কোক্কবা) মচুগী শরীক্কা। অহেন মিংচবী—পুম্নমক্কগী হেন্না মিৎপু চংশিনবী। ফিনা—মখোল খোকপা যন্ত্র অমা, পেনা। শনকিকমদা—শঙ্গোলদা। নিঙনা তেনা—চনিঙ লৈত্তানা। মুংথম তরক চনবা—নিংথম্বগী অদ্রোবনা। মানবী—শল অমোম। শমু—হকচাং। মচমগুম—অচম্বগুম। ইন্দ্রানী—ইন্দ্রগী মুপী। মানবী হাওশি ঙমচিংবও—শল পুম্নমক্কী লুচিংব। থৌদ্দু—মুং। নোং-থামলিবশিংও—ঙাইজরিবশিংও। লৈমা পুক্লিং মতুং ইন্না শিয়ৎ-লে—লৈমা মানা ভৌজরকপা কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না নোংদম বীরে। অচিক অশাউ পুম্নমানা তানফংদে নিংথম্বা ওল্লাংবা পুম্নমক্ক চঙদে। নোংশা থাংনৌবা—থাংজেংবা নোংশা। অচাউ

লেপফারে - চাউবা মপুং ফারে। খোইমোম সন উনকোয়প্নুংদা —লাইঙ্গী সনা পুক্লিংদা। সিংহরাজা—শগী নিংথৌ নোংশা। শারেল নোংশা নিংথৌনা— শা পুম্নমক্কী নিংথৌনা। ললংকুবগী— খৌজ্রামবিবদগী। হংস— কাঙ্গু। ঙাউনৈএ— ঙাউকৈএ। শিক্কর ( শিখর ) মতোম,। অখোইবা। মুংমচমগুম— মচখা নুংগুম। মিৎয়েং তাংজুম্বনা—হেক্ত উবা ঙম্বনা। মাংনারাই-থুংলরে—থুনা লাক্লে। মাভাহল্লম্বগা—হিপহল্লগা। লোইদাম নিপ্পাং থাগুম - পানথৎলকপা থাগুম। নমু মীচুৎব—ভুক্ক ভুফাই চনবা মী। লোকন ঙমদে—ঙাকপা ( কনবা ) ঙমদে। পাংহাং নোংচেং—লুপ্রাবী। য়েনলাং খৌচৎএ—ইনশাং থিবা চৎলি। শীংজ বায়কোয়জৈএ - লৈকায়দা চখোকচৈ। তংমনংনৈএ—চাশিননৈ। শীংচা বাইকোইক্লগে—শীং চল্লুংগে। পম্বৌ লাঙ্গোন তাম্বা—মপানা নাউকোত্রবা। থমথু মাইচেং নীকপনা —য়েংঙু ২ বা খুদিংদা অবাৎপদা মওইরবা। নায়োম্নক—উনা বানানা য়োম্বা মরক্তা। মানলৌ—ফি। মিয়েন খৌম্নাংবগা শমু মহকশাংগা থানবিদবহুগুমএ—থরায়ম্গা হক্চাংগা থানদব অহুগুমএ। শাথৌ—মরুপ, ইভাউ। হামু নহুংশং ঙ্গুংনাং ননা লেক্পা নোংদি—পাগল শোল্লক্কুনা অনা অয়েক তোমরক্কুনা থরায় থারমদাই ওইরবদদি। শেনলোই ইপাতাউ—চাননম্নথা ইক্লপ ইপিজা। মচেং পাচা তাম্না—মপা মতোল বাৎনা। শাগৈ ঙাইরি হাত্তবও—শাগৈ ঙাই-শেল লৈতবা। অওকপনে - তৌ-গদবমক্কনে। ননলাইদম্নু—শিক্মদাইবু। চিন্থোই কাংমক্লগুনো

—য়ায়াম ঙাংগমু। তুংলি মাঙ্লি—তুংগী মাংগী। খজিল-ৈহও—ৱাখল খনবা ৈহয়ু। ওনচা—য়াখং শে য়হন্দনবা। শিংঙু-য়কপনা—মশীং শুয়কপনা। ইমু ভাংশক্তনা—ঈশিং অঙবু কয়িসু লৈফনা ওন্দুনা। পাশানবা—ঈয়োইবা। শাম্দোংলবগা—ইরুজয়বা ৱাকয়বদা—হায়রবদা। য়াংলো—লম্বী। নমায় কুমচিং থাংএ—নমায় মকশিললে। তয়া চামন চোইনা পায়ম নবুক চৎকৈঙেনে—পুকচৎলগনি। মঙলিংৈঙবু লৈতে—মঙ লীকম পোক্তবা মীদা মঙ্লীযদে। পাংমা পা'মা—ৱাংমা ৱাংমা। শানখৈবম্বুং—য়েংখিবম্বুং। পঙ্কংলা—পল, অয়াংব চীং। য়োনফয়োইয়ে—শে'ইকয়োইয়ে। পল্লু—মকোক। নমু মী মচম—মীচম। মপা-ঙাউ—মরুপ, মপিঙ্গা। কোনলোয়—লৈফম। লৈবাক কোইবা—লৈবাক ঙাকপা। লৈবাক য়াপী হায়বা—লৈবাক্কী অঙম অথৌ মকোক ওইবা। লঙজবা—অয়ানবা থবক তৌবা। মানবী খুদপ্পনা—খরু খুদক কুম্না। পুকপা থাংয়েনা—লম ১ গী মমিং। য়ায়ম ওক্তবা—হায়ফদবা বা। শীঙবী থায়োন খুম্না—শীং কনানা খিবিয়গা। খিহেকলু—খিচুনা হেকলু। পুখোক মাঙনা—পুক্রিং য়াঙাকম খঙদনা, য়াখল লাম্বা ফংদনা। নোংমনয়য়সে—শিমিয়সে পলেম নায়া ইখুৈঙগী—পলেম ইমানা পিশক পিরা য়োক্লিকৈঙদগী হৌনা পাউমেনবিঙনো—হায়বিগণু। মতম য়াই-ফবা—মতম অফবা। পলেম সুংশি নমদা হুমা—সুংশিয়বা মমাবু হুন্দোক্লমহুনা। ওংলিবা—শাৎলিবা। খ্বাং পমশি খোং-মঙম্বু হেলহনগুনো—খ্বাংদগী হেমা ৱা'হনগনো। খোজেল

স্বং'নৌথোক্ক'—পূক্লিং স্বংশিবগী খোম্বোক্লা। ওজা—লিনগী মাইবা। উজা—মহৈ মশিং তম্বিবা ওঝা। চৈরৈ ফিথোংফম মৱমথ—খ্বাং মুক্তা ৱ'ংনা। লম্বাল—লম্বী মপাল। চে'লৌ শকউ তাম্লবগী—মতম কুইনা মশক উত্রবগী। চাকথংদনা—চাকচাদনা। হাউনা খুঙ্গৌম্নাম—হাউনানা খোংদা খুঙ্গৌলৌবা। উবী ওম্বলতোয়—উৱিনা তোয়না পনবা। হুংবী য়াশৌনেৎ—মচিন তুম্ব সুংদ তোয়না নেৎ। য়াঙনা—থুনা। শিংথিৱে—চংথিৱে। ওংঙম্বা—শ ৎলম্বা। মাকোং পুংথায় লেম—নাকোংদা তানিংতুনতা লৈবা। থৱান নোংলৈ উবা—শেপাইৱহুনা থৱানমিচাক্কী মচাল চঙলবা য়ুম। অঙানবা খোকমৈ নেম্না—হুমিংকী মৈশা নেম্লক্কুনা। হুমথিৱক্লবদা—মহুম থিৱক্লবদা। পোংশিন হৌদৱীবীশিংবু—মতুং মপুং ফানা তৌদৱিবশিংবু। লাকলৌশানা কোন—ফিওইনা কোম্দুনা। খেনকাৱক্লবগী—খোৱক্লবগী। শোঙকিদনা—কিদনা। অপাইবা—য়াম্না পাবা। কাউৱেন তনবা—শললাবা। ক্লেশ—অৱাবা। ইয়োককোম—পুখ্রি। লাংচেং ইক্লথেং—পুন্সি লৈপুন। নমু মীহিংনমএ—তাইবংমীগী মনম নমএ। পাংবোং চাংগা তম্বঙুম—থল ওন্দুনা চাং তম্বঙুম। ইমান—ইকু, ইনেম। পাংলেন—পাং অচৌবা। নমু পোংওইবগী হকচাং মৱেপ ফানা হয়—খোম। কৌবা চীংহুং শোয়ৱক্লবগী হোংলেং তপ্ন হুম—নোংঙালমদাইগী তপ্না হুম্বা স্বংশিং। ৱাবা চেঙজা নিংথৌবনা চীংখোং য়াকৈৱকলে—নোংঙালকপ্পা মতম ওইমহুনা ৱাবা কৌবা উচেক্লা খোংলক্লে। শিংলেন লৈনা

হুইগুম—লৈমনানা পথুরকপগুম। মরাম—যুম। তাবথিরে—পাংনা চৎখ্রে। থুত্ত শূনা—থুৎনা পায়ছুনা। উজগ্র্—ওজাগুরু। থংএ—চায়এ, তংএ। মিয়াংলে উরে। চাক্ষেলনৈ—অংমেন মচুগী নৈ, খোংজলমেন্নে। ভন্দনমাইরেং কেৌগুমএ—ভন্দমা ভানবগুম ভালএ। থাম্মী মৈয়েরীক্সা—নুং ২ নৈনবদগী থোকপা মৈরিক্সা। লম্লক হাখোইবা—লমলক্তা লৈবা। ইকাইফম—ঐগী লম। য়াঙ্গোইফম—লৈফম। ভনলমগে—অহিং লেক্লম্লগে। থিংলেন ঈনমথাগুমএ—থিংলিবা পন নমথায়রকপগুমএ। লয়দা—লৈপাক্ত। থংমনরে—চামিম্নরে শানথঙদবা—থঙদবা। কষ্টী অচিকপসিদা—লাইনিঙফম অচৌকপসিদঃ। উম্বুম ভরক চল্লিচৈ—য়াম্না লিংথম্বা। চকম্নাম—মৈ। মংরংশীম্না—মথং ২ মরীক চুম্না। মানবী খুভপ্পনা—শল শাহুনা, খুরু খুদক কুননা। নাউনৌমী—পোকপী। নরুম—নতু। চাকথোক্রুবা—চাক্তাক্রুবা। ময়ান—ময়ুম, মকোল। তেনোই—তেনবা। লিক্লা বাইফেন হুন—লিক্লা তায়রপা মতম্। চেকয়াম খোংন্না—উচেক ময়াম খোংনা। ভাইনোক্লমিথেনে—নোক্লাখিগনি। সুংশি মতৌকম্বু লৈভনা—হায়নিংভাই লৈভনা সুংশিনা। লৈমিং য়াম্বা—মমিং য়াম্বা নৈ। কোয়াং বাশো ইচিন্না অনা লৈনিঙশিংন্না লাইহৌ হৌরবা মীদা শোইবুম পীজন্ত্রনা থিংলি ২ লাইহৌ হৌবগুম। পোমবী য়োমদম পৈবশিংনা—শঙ্কু নইন্না লৈবা উচেকশিংনা। কিহুর—কিমর—ঈশৈ শকপা জাতি অমা, শগোল মমাই পানবা মশালা মীগী

মশা ওইবা। মারেংথোন—উনালেংবগী মথোল। খেয়াং থাং—মখেলাংবা। য়াংলৌ লমদাং শাং—অশাংবা লম্বী। অরা হুইরাং শোন্দনা—অয়া পোথাবা লৈতনা। লাইজা পাশান ঙমএ—ঈশিংদা শায়রমএ। নমশা ওইনম্বা—মনম মুংশিরবা চন্দলগীমনম চেল্লবা। শম্থৌ লাইরোংবা—ময়াইলোংবা শম্থৌ। ঙনলিবনো—লৈরিবনো। ঙৈখাঙনা—মোনথাঙনহুনা। ঙেনবী হুপূবন—হুতৈবা ঙেন। খম্মোয় মচি ফংনা—খম্মোয়দা খুম্বা খিন্দুনা। ইমান—ইনেম। নহুইরোল - নগৌ। কদায়নয়িগবনো—কদায়দা লৈরিগবনো। মুংশি ফকফা নীক্লা—পূক্লিং মুংশিনা। খৌরৈ রাকমপোংনা—নোঙ্গৌবীনা। ভোংখম—ভাংলখা। পল্লু ওইঙৈনে—খ্বাইগী মকোক ওইঙৈনে। রাভাপঙবা—নাপঙবা। চেংলৌ মঙমশোয়বা—হকচাংগী ক্রিবম শোয়বা। নোংশাং মথোই ভোংনা—কুইনা। পলেম পীমাচাগুম—মনা অমগুমা পোকপা মচাগুম। মচেং হকমা ওইনা—মশা অমত্তু ওইনা। য়াথং রাচুম—অচুম্বা (রা) য়াথং। য়াইফা—অফবা। ভুলা চাংখিং ভম্বগুম—চাং ভম্বগুম। খৌখলমমরু.গ—খৌগল ভৌমিয়রুগে। ভুয়ৌলিং অনিমাবু—পলেম পম্থৌ অনিগী জনা পুন্মুনা শায়রুবা হকচাং অসিবু। খৌজাল ভাহেন নাইফরোই—মীচঙ মীখায় নাইফরোই। খৌরম অওকপবু—অফবা খবকপু। উখোকলক্তে—উথিত্রি। নয়িরোই—ওইরিরোই। লাইনিংখৌবুনয়িঙৈনে—লাইনিংখৌচুম ওইরিগনি। মনি মানিক থাম্বা—মনি মুক্তানা হংলবা। লমক অভাম্বা—অথাম্বা লমদম। নোংহামগুনো—

শিরসন্থ। সনা ফিরোয়—নিংথৌগী ফিজোল। ফুরেল—চফু ফজবা। ভোংলেন কুপ্তুম কুপ্পা—থবানমিচাকী মশেন্না ভগুপ ভরেংবগুম। পুংবু লেম্না—চোম্না, মপুংফানা। লাম্নর অভোন ভাব—লাইর চুতংনবা। হকচাং লাইচি পরৈ থোক্না—নরু থুনবিনবা য়াওদনা। মপোক নগুপা য়িমদিম্নরকপবু মওইরে—লাইবকশা ভিম্নবা হায়বত্থ মওইরে। অমন থমলাই-দগুম্নে—শিরমদাইগী মতমগুমলে। সনা শমজিহুক—শমগী শমজিদা সনাগী মরীনা য়েৎপা। কাঙহাই—চামর, হুমাই। নোংদম মথৌথা চেনফদবগী—লাইনা ভম্নকপা শোয়কদবগী। অয়ায় কোইরেন ভোংনা—ফম্বালভোংনা, সিংহাসন্দা ফমহুনা। নিংথৌ চাকচা—রাজ ভোগচাহুনা। মিংলেন নোংশাং পনওইনমা—মতম কুইন। মিংচপ্তুনা। খুচেং হংচি লাক্না—খুদাং ফানা। চেংলৌ মিৎথোংমম্নবী—মিৎ উত্রবী। শম্নাং য়েনপোক হোনা—পোক হৌরবা। নোংপোক মরাইভাগী থেনগারক্লবদা—সুমিৎনা থোক্লক্লবগা। পামেল চুমজ্রিং মহুলক—উনা চুমজ্রিং চুম্না হোবগুম। মাকোং বাভা শেংলে—না তারে। নমু থীং-রেন হাঙদনা—মা অমত্তা চিথদনা। ভেংথা মারেংথি—শৈশক শৈশদা য়াগদবা বাহৈ থিহুনা। য়াথং মভাথগ—ব হৈ বাভাই থম্নহুনা।

লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৩ | ২ | শাথেং | শাথোং |
| ৩ | ৭ | ফনগা | ফানগা |
| ৯ | ৭ | মপোমগী | মদোম্বগী |
| ৯ | ১৯ | পোওইবা | পোং ওইবা |
| ১০ | ১৮ | অরক | অমরক |
| ১২ | ৮ | হকচাক | হকচোক |
| ১৪ | ৭ | মশীশু | মশীংশু |
| ১৬ | ৭ | পুবুলেম | পুংবুলেম |
| ১৭ | ৫ | মুশি | মুংশি |
| ১৭ | ৬ | লইবক | লাইবক |
| ১৮ | ৭ | ফবশিনা | ফবশিংনা |
| ১৮ | ১২ | অভেন | অভোনব |
| ১৯ | ৩ | বারানসা | বারানসী |
| ২১ | ৩ | অভেনভাবা | অভোনভাবা |
| ২২ | ১ | শংনৌ | শংলৌ |
| ২২ | ১৫ | নোমদোনগী | নোংমদোনগী |
| ২৩ | ৪ | যাগোইকমসুং | মাঙোইকমসুং |
| ২৪ | ৮ | অর | অরা |
| ২৫ | ১২ | বকৈরহিপুকমুদা | বাকৈরহিপুক্রুংদা |
| ২৬ | ৩ | ভাজা | ভাংজা |
| ২৭ | ২ | ময়দা | মায়দা |
| ২৯ | ৯ | চেলৌ | চেংলৌ |
| ৩০ | ২ | মুঙাইবা | মুংঙাইবা |
| ৩০ | ১০ | মনজলকএ | মহনজিলকএ |

| লমাই | পরেং | আরনবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩০ | ১৯ | শিনয়েমজুগুম | শিনয়োমজুংগুম, |
| ৩১ | ১৮ | শিল | শিলা |
| ৩২ | ৬ | শঙ্গায | শঙ্গায |
| ৩৩ | ৬ | মনিনাই | মনিন্নাই |
| ৩৪ | ১০ | শানথৈথরমএ | শানথৈথরকলে। |
| ৩৫ | ১১ | য়ভাববু | য়াভাববু |
| ৪০ | ১ | নাউয়োকপা | নাউয়োকপা |
| ৪১ | ৮ | ভনফংথেঁ | ভানফংথেঁনে |
| ৪২ | ১১ | য়ায়না | য়োয়না |
| ৪৫ | ১ | খুবুমএ | খুরুমএ |
| ৪৬ | ১৯ | ব্রাহ্মণ | ব্রাহ্মন |
| ৪৮ | ৮ | সিহাসন্দা | সিংহাসন্দা |
| ৪৯ | ৭ | ময়থং | ময়াথং |
| ৫০ | ৬ | য়থং | য়াথং |
| ৫০ | ১৬ | নায়েল্লক | নায়ো'ল্লক |
| ৫০ | ১৮ | মায়থননা | মায়থামনা |
| ৫১ | ২ | য়ইবী | য়াইবী |
| ৫১ | ৯ | লংকুবরগা | লনকুবরগা |
| ৫১ | ১০ | অভিঙা | অভিংঙা |
| ৫১ | ১২ | য়ইগী | য়াইগী |
| ৫১ | ২০ | জুমচমগুম | জুংমচমগুম |
| ৫২ | ৭ | য়ংলৌ | য়াংলৌ |
| ৫৩ | ৪ | কুমর | কুমার |
| ৫৩ | ৯ | জুওন | জুংওন |

| লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫৪ | ৩ | মুওমচিংনা | মুংওমচিংনা |
| ৫৬ | ৩ | মচানে | মচানো |
| ৫৬ | ১০ | ইচিঞ্জকপু | ইচিঞ্জাকপু |
| ৫৭ | ২ | খুদিদা | খুদিংদা |
| ৫৭ | ৯ | নংশি | মুংশি |
| ৬২ | ৪ | চীনখল | চীংনখল |
| ৬২ | ৬ | খেংখৈঙম্বা | খোংখৈঙম্বা |
| ৬২ | ৭ | মীবপ্লবগা | মীকপ্লবগা |
| ৬২ | ১০ | মিয়ৎলে | মিয়াৎলে |
| ৬২ | ১৭ | ৈ০য়েরীক্লা | মৈয়েরীক্লা |
| ৬৭ | ১৩ | য়েংকদে | য়েংফদে । |
| ৬৭ | ১৪ | চী'লেন | চীংলেন |
| ৬৮ | ১১ | চী'খোং | চীংখোং |
| ৬৮ | ১৩ | নো'পোক | নোংপোক |
| ৭৫ | ১২ | খেইমোম | খোইমোম |
| ৭৬ | ১৪ | মরুবুব | মরুবু |
| ৭৯ | ৩ | হয়না | হায়না |
| ৭০ | ১৭ | পলেমনম | পলেমনমা |
| ৮১ | ১৪ | মুংঙাইব | মুংঙাইবা |
| ৮২ | ১ | শীনগুম | শীনগুম |
| ৮২ | ৮ | ইভয়োইগুম | ইতায়োইগুম |
| ৮২ | ৯ | শীবী | শীংবী |
| ৮২ | ১৪ | শগুমুদ | শগুমুংদা |
| ৮২ | ১৬ | ভোনা | ভোংনা |

| লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৮৫ | ৯ | থৈবিকপু | থৈবিকপু |
| ৮৬ | ১১ | থোইখেবগা | থোখোইবগা |
| ৮৬ | ১২ | থংনা | থংন্না |
| ৮৬ | ১৪ | অরববু | অরাববু |
| ৮৬ | ১৫ | হমদবরা | হায়দবরা |
| ৮৬ | ১৭ | নিংদেল | নিংদোল |
| ৮৭ | ১০ | পুরুং | পুরিং |
| ৮৮ | ৬ | সন | মনা |
| ৮৯ | ২০ | চম্মা | চাম্মা |
| ৯০ | ৭ | লৌশিবনা | লৌশিংবনা |
| ৯০ | ৮ | হরৈবাক | ইরৈবাক |
| ৯০ | ১১ | ইথেঙ | ইথোঙ |
| ৯০ | ১৪ | কূলকও | কুমলকও |
| ৯১ | ১০ | পাওকৌরবএ | পাওকৌরকএ |
| ৯১ | ২২ | শায়ম্লক্তা | শায়োমলক্তা |
| ৯২ | ১২ | থেইমোম | থোইমোম |
| ৯২ | ১৯ | শিলেন | শিংলেন |
| ৯৩ | ৫ | উনকেয়ন্নুংদন্নুং | উনকোয়ন্নুংদন্নুং |
| ৯৪ | ১২ | ঐথেয়গী | ঐথোয়গী |
| ৯৪ | ২১ | পুক্লি | পুঙ্গি |
| ৯৫ | ৫ | মন | সনা |
| ৯৫ | ৬ | য়েকুম | য়োকুম |

ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি
উরিপোক নাওরেমথোং

কমিটিগী কোংলবা লাইরিকশিং :—

১। উমং লাই খুন্দা (থা ৩/৩ গী চেকোং)

২। লোয়নবা শিনয়েন।

---

মৈতৈ মযেক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েসন
উরিপোক নাওরেমথোংগী কোংলবা লাইরিকশিং :—

১। মৈতৈ লৈমা ভোলুম ১—১১।

২। মণিপুরী কলাকার ভোলুম ১

৩। " " " ২

৪। " " " ৩

৫। ফিদম শৈরেং

৬। নাট্য অমসুং মঞ্চ

মথক্তা ইরিবা কমিটি অমদি এসোসিয়েসন অসিদগী লাইরিকশিং অসি ফংবিগনি।

---

প্রকাশক :— কমিটি।

কপি :— ১১০০ গ

নম্বম :— সোল প্রেস, শিংজমৈ, ইম্ফাল।